মণিপুর গোভর্ণমেণ্টগী মতেংনা

# মৈতেমা



ইরবা :—
শ্রীঅরিবম মহেন্দ্র শর্ম্মা
ওর্ফে শ্রীঅঙৌবা শর্ম্মা
ব্রহ্মপুর অরিবম লৈকাই



মমল লুপা ২·৫০

অকোংবা—
লাইরিক লেংবা ইশা।



অহানবা ফোংবা ১৯৭০ ইং
কপী মশিং ৫০০



মঙ্কম—
দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল।

## কচ্চবা

ঐবু পোকপীরম্বী ইমা ৺ইবেমহন দেবীগী
খোং অনিদা কচ্চরি নচানা 'মতৈমা'

শ্রীমহেন্দ্র শর্মা

# বাহৌদোক

শোক ১৯৫৩-৫৪ ইংদা ঐনা রূপমহল আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনগী থবক পুই। অনৌবা লীলা সামাজিক "মতৈমা" হাইবা নাটক অসি ইজহনা পুথোকচৈ। রূপমহলগী আর্টিষ্ট ভদ্রলোক শ্রীএ শ্যামসুন্দর সিংহ শ্রীঅইচ নূতনচন্দ্র শর্ম্মা শ্রীঅইচ নীলমণি সিংহ শ্রীএন নেত্রজিৎ সিংহ শ্রীএম বীর সিংহ শ্রীএস নবকান্ত সিংহনচিংবা ঐগী মরুপশিং অসিনা ষ্টেজদা উৎপা য়ানবা শেমদোকপিহনা তাং ২১। ৬। ৫৪ ইং নিংথৌকাবা সুমিৎকী সুমিদাং পুং ৬-৩০ তাবা মতমদা উৎপিখি। মরুপ ভদ্রলোকশিং অসিগী মফমদা ঐনা শিগুণমত্রবা লমল তোম্নবনি।

অইবা।

# ভূমিকা

নিপা—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | ভুবন | — | ঠেকাদার। |
| ২। | মঙ্গল | — | ভুবনগী মনাও। |
| ৩। | যাত্রা | — | শ্যামগী মপা। |
| ৪। | শ্যাম | — | মনমচং কক্সবা পাখং। |
| ৫। | হের | — | মরল লৈবা মচা। |
| ৬। | লৈখম | — | হেরাগী মরূপ। |
| ৭। | অমু | — | যাত্রাগী মহ্মাক। |
| ৮। | কালা | — | ভুবনগী মনাই। |

৯। মুক্লা তম্বা পাখং খরা।

১০ থবক শুবা মী খরা অসিনচিংবা।

১১। নিপামচা সিংহ

পুলিস ইন্সপেক্টর, কন্সটেবল খর।

নুপী—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | রজনী | — | ভুবনগী নুপী। |
| ২। | চান্দনী | — | ,, মচা নুপী। |
| ৩। | তরুণী | — | ভুবননা য়োকপী নুপীমচা অমা |
| ৪। | কেতুকী | — | ওক্তবী মো নহা মচা অমা। |
| ৫। | মোহিনী | — | অয়োকপী নুপী মচানি। |

# রূপমহল ষ্টেজদা

অহানবা উৎপা তাং ২১   ৬। ৫৪ ইং নিংথৌকাবা হুমিৎ

| লীলাগী মীশক | | পার্ট লোবিখিবা আর্টিষ্টশিং |
|---|---|---|
| **নিপা—** | | |
| ১। | ভুবন | — শ্রীমৈত্রম বীর সিংহ |
| ২। | মঙ্গল | — শ্রীমাইবম রামচরণ সিংহ |
| ৩। | যাত্রা | — শ্রীসরেনসংবম নবকান্ত সিংহ |
| ৪। | শ্যাম | — শ্রীচান্দম গোপাল সিংহ |
| ৫। | অমু | শ্রীরাজ কুমার জিলাসনা সিংহ |
| ৬। | হেরা | · শ্রীময়েংবম হরিদাস সিংহ |
| ৭। | লৈথম | — শ্রীগুরুময়ুম নিশিকান্ত শর্ম্মা |
| ৮। | কালা | — শ্রীখ্বাইরাকপম রণাজেৎ সিংহ |
| ৯। | নিপামচা | -- কুমারা সনাহনবী দেবী |
| ১০। | পুলিশ ইন্সপেক্টর | — শ্রীথোদাম বীরেন সিংহ |
| ১১। | পুলিশ কন্সটেবল | — শ্রীটি, নয়নকুমার সিংহ |
| | | — শ্রীপি, সমরেন্দ্র সিংহ |
| | | — শ্রীব, চন্দ্রমণি শর্ম্মা |
| | | — শ্রীএইচ, বিজয় সিংহ |
| ১২। | মুক্না তম্বা পাখং থরা | — শ্রীএল, বিধু শর্ম্মা |
| | | — শ্রীবি, চন্দ্রমণি শর্ম্মা |
| | | — শ্রীবি, নিমাই শর্ম্মা |
| | | — শ্রীবি, রাধামানবী শর্ম্মা |
| | | — শ্রীএ, মণিতোম্বা শর্ম্মা |
| | | — শ্রীজি, শরত শর্ম্মা |

নুপী—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | রজনী | — শ্রীমতী থম্বালঙোবী দেবী |
| ২। | চান্দনী | — শ্রীকুমারী মেধা দেবী |
| ৩। | তরুণী | — শ্রী ,, রাধারাণী দেবী |
| ৪। | কেতুকী | — শ্রীমতী অপাম্বী দেবী |
| ৫। | মোহিনী | — শ্রীকুমারী ভানবী দেবী |
| | ষ্টেজ মেনেজর | — শ্রীবি. চন্দ্রমণি শর্ম্মা |
| | লাইট ,, | — শ্রীএল, তোম্বী শর্ম্মা |
| | ড্রেশ ,, | — শ্রীকে, নিত্যাইনন্দ শর্ম্মা |
| | মেক অপ | — শ্রীরাই, অমুবী সিংহ |
| | প্রোমটর | — শ্রীসি এইচ, রণজিৎ সিংহ |
| | | — শ্রীএম, হরিদাস সিংহ |
| | | — শ্রীআর, কে, জিলাসনা সিংহ |
| | মিউজিক সুর | — শ্রীএন জি, নিমাই সিংহ |
| | ঙৈশৈ সুর | — শ্রীদবলিউ, শেলুংবা সিংহ |

---

# মতৈমা

## ১বা অঙ্ক

### অহানবা উৎপা

### ভুবনগী য়ুম কজরবা কা।

( ভুবন রায়া থবাই মুংঙাইতনা কনৎকন্দা চৎলি অহুদগী কয়াংবা থেৎলিবা লৈখিম্বা মপাগী শাক্সবা তস্বীরদা মুম্না থংজিন য়েংহুনা লেপলী মতম অসিদা রজনী চঙ্লকই ভুবনগী মতৌ উবদা ঙক্না লেংই )

রজনী। ঙাহাক্তং চৎপিবসিবু ঙম্বিরবোইত্রা ?

ভুবন। ( তপ্না মথাই লৈখোয়কতুন ) রজনী ! ঙসিদগী হৌনা ঐঙোন্দা মঙ্গলগী মরমদা ব্রা অমতা ঙাংলগনু, ওকলে ঐহাক মাবু অমুক য়োক্তুনা থম্বা ঙম্মরোই। হয়েং তুংদা শিনহুনা তোকনি, মন্না হায়্না হংখোনে, নংনা শিন্নিবহু। ( হাইনা ২ চৌকি ১দা চংক্লা কয়থবগা মরাইবক্তা থুংনা পোন্থুনা লুকথখি )

রজনী। করি অমুক তৌরবগে ?

ভুবন। ওঃ ! ঐ মাগী মরমদা ব্রা ঙাংনিংত্রে ! তুমিন থিৎ লৈবো।

রজনী। অহুবু—পোকমিম্বা ইনাওনি—। থাদোকপদি য়ারি-ত্রদো ? পাবুং তাকপিরম্বহৌদি।

ভুবন। অহুগীদমক ইনাওনি—ঐহু কয়া য়েংলে, কয়া থাংলে

ইপানা লৌ পরি ২০।৩০, শল ইরোই কয়া থম্বিরম্মি। ইপানা লৈখিদবা চহি ওন্দনা মাগী শরুক পিরো হাইদুনা লৈবাক ব্রাথোক ওইবা মথৈ তন-তান তান্দুনা মচেৎ মচেৎ য়োম্থোকখিবদগী শল অমা ফাওবা লৈত্রে, অদুবু পুম্নমক থোকপ্রবমি হাইনা ঠিকাগী থবক্তা য়াওহন্নে, অদুগবু ঙরাং থবক শুবা ময়ামদা য়েন্নবা শেল কাইরু হাইদুনা লুপা ১,৫০০ গী চেক অমা পিপ্রগা থবক শুবশিংদস্মু য়েন্নমত্রে, মশকস্মু উবা ফংখিত্রে। মসিদবু করিনো ঐনা তৌগদবা ? য়োক্তুনা হিংবা অঙাং নত্তে, মানা থোকপা তৌরসনু – ঐ মাগী মরমদা করিগুম্বা অমত্তা য়াওররোই ব্রাস্মু ঙাংলরোই।

রজনী। অদুবু খংদুনা লৈরবা মীদুদদি পৈশা অদুক য়াম্বদি করিগী থাদোকপিরুরিবনো ?

ভুবন। পৈশা পাইহন্দ্রবদি থবক তৌ হাইবা য়াদেনে, অদুনা পৈশা খরা পাইহন্দুনা মপুকনিং হরাওহন্নগা থবক নিংথিনা শুদুনা মীরক তিনবা ওন্নবা হোৎনজসনু তৌবনিদনা মানবু মরম ওক্লবদি ঐ করিগী ব্রারুনী ঐগী সম্পত্তি পুম্বা মাগী ঙাক নত্রা ? চান্দনীনা ময়ুম হেক পানখিবদা মা নত্তনা ঐথোইগী কনা লৈরি। অদ[illegible]গিরে মাংনবা, পিত্রে চোপহনবা ! মসিদা ঐনা তৌ[illegible]সি করি উপায়নো ! অদুনা ঐ হৌজিক্তি খল্লে, লৈবা[illegible]ক মমাংদা চোপ্পগী চোপ্পা মাগা ঐগা মরি শুকলৈ [illegible]লনদবনা থ[illegible]াইদগী করে।

রজনী। মাহুস্নু হেক লেপপিথিনুদা। নিংথৌ লৈবাক্তা তিন শিংলগা ইমাইদা ভাই হাইবহুনি। কঙকম্ করিমতা লৈতে। ওকলে-ওকত্রে ঐথোয়গী ইথক্তা তারগদবনি।

ভুবন। তারসনু, বদনাম পূন্নমক ঐ মাইয়োং য়ারগনি। চৎলো ঙসিদগী নথোই কনামতা মাগী মরমদা য়্রা ঙাংলগনু।

রজনী। ঐনা হাইজরিবসি অমুক্তদি খন্থবিথো মহাক হৌজিক ঈ খেগৎলকপা মতমনি। জ্ঞান খজিক্তং তারক্লগা মহজরকনি। ঙাওরম্বা মী কয়া ময়ুম মকৈ পান্নগা জ্ঞান তারকপা পিক্ থন্না লৈ। ঐদি ঙরাং মখোই-রোমদা ঙসিসি শোইদনা ঐখোইরোমগী অহল লম্মন লাকনি হাইদোক্লম্মে। অহুনা মথারোমগী ভাথনুগা লোইননা ঙাহাক্তং য়োবিরকলো, ঐ চৎলম্মগে।

ভুবন। য়্রাসি নংস্নু ওস্তোক্লা হকচিন্নুরেদা।

রজনী। হকচিন্দবা য়াত্রবনি। মসি ঐখোইগী তোদবা য়াত্রবা ইথৌনি, মীনা করি হায়খিনি ঐখোইবু ; পংকুইদি কুইবিরক্লগনু। ( চৎখিবা )

ভুবন। ইস্! ( হাইনা ২ তপ্ন' হৌগৎপা, ফিয়াম্দগী কীপা লীচৈগা লোয়গা )

কালা! কালা!

( কালা চঙ্লকপা, থাংজো অমা লুংপাক অমা পাইয়রকপা )

কালা। করি ওইরবনো ?

ভুবন। নংগী কাকা মচাহু হন্নক্লবদি চৎথোক্লমগনু হায়সে ( ভুবন চৎ-

( কালানা নুং অচুদা থাংজো অচ য়য়ানা তকতুনা কেংলি, তরুণী চঙ্লক্লগা ৱূরা য়েংই )

তরুণী। হাইমা ! ত্রা কালা থাংজো ময়াহ্ নুংদা তকথং-লিবদি করিগীনো ?

কালা। নংনা থংব্রা ?

তরুণী। থংদহ্না হংলিবনি। থংলবদি করিগী হংউনি।

কালা। থংত্রবদি তুমিন লৈয়্—নথো লৈতে।

তরুণী। ঙাংলিবসি ইথৌনিনে বুহ্ !

কালা। ঐমা ! নং অওইবরা তরুণী ?

তরুণী। মীনা হাইরগা ইঙাও ঙাওশিন্নরহ্না, থাং অচু নুংদা শিজিন্নবা য়াবরোইনে অঙাওবা !

কালা। হাইজো, অচুদি ঐগী হরাওবিনি ! হা হা হা।

তরুণী। অং অঙাওবা হাইবসি নংগী হরাওবি ওইরেকো ?

কালা। নত্তবদে। ( নোকপা )

তরুণী। নোকস্ নোকইনহে।

কালা। ঐদি নং উরগা হেক্তা নোকনিংইবো ?

তরুণী। করিগী ?

কালা। হাইরোই হাইবয়াদে !

তরুণী। হাইদবা য়াদে হাইয়ু ?

কালা। অচুবো হাইরগেদো— কম তোক্লগেদা !

তরুণী। য়াদে হাইয়ুনে—হাইত্রবদি ঐদি— !

কালা। নং শাওরবরাও ? অচুদি হাইরগে— য়েংজোই তরুণী—ঐগী মনুংদা চেং লৈদো !

তরুণী। (নোকতুনা) অহুদি করি হাইব্রিবনো ?

কালা। প্রমাণে—কজ-কজবা অতে অতৈস্ন য়াম্না লৈরি। ঐদি প্রমাণ তম্বা নিত্তিগী চৎলবনে !

তরুণী। কনাদা হাইনবা তম্মিবা !

কালা। নঙোন্দনিদনা !

তরুণী। ঐঙোন্দা ! তা কালা নং ঐ কনানো খংব্রা ?

কালা। নংবুদি করিগী খংদনি।

তরুণী। অহুদি ঙাইখো, নঙোন্দা প্রমাণ তম্বিরিবা মীশক্তুদি কনানো ?

কালা। হুম, নঙোন্দা তাকনু হায়—তাকওই ?

তরুণী। থিদা—অপং'সিদি।

কালা। হাইমা—মসি অঙাংসি মীগী অশাওবিকা হেক্তা হায়নে। মহু হায়রবদি ঐদি হেক্তো ফুগদবনি।

তরুণী। ফু-ফু—নংনা ঙম্মবদি অহুক ফু হায়বা অপং—অপং।

(চেনাখবা)

কালা। ঐনা তুংশিহুনা শুম য়েংবিরগা মসি অমুক্তং ফুদংপা তারে।

(লৈখম ১মুং হেরা চংলকপা)

লৈখম। কালা ! মঙ্গল বাবু লৈবরা ? (কালা থুমদে মমিংতমক য়েংই) কালা ! নংবু ঐনা হাইরিবসি তাব্রবরা ?

কালা। করিগী তাদনি ! থুমত্রবদি লৈতে হায়বা খংব্রা ?

হেরা। কালা বাবু ঙসি খবা শাওরম্মোইনা ; সে শাওনুসে—চুরুপসি থকউ !

( থকলকপা চুরুট মতেক অত লাববা, কালা মমাই লৈখোকপা )

লৈথম। চুরুট থকনিংঙবস্তু প্রমাণ ফজ-ফজবা ১'২ দংদি অহুক তমহৌরোদনা।

কালা ঐ প্রমাণকা অমত্তা তম্মরোই।

লৈথম। করিগী ?

কালা। প্রমাণ হায়রুবদা পংশাওদা শাওগ্রে, তম্মরোই।

লৈথম। হাই—মন্থদি ফরিবনিনে - প্রমাণ তাবদা শাওরবদি স্নুংশি মৈনা চাকপা হৌববনিনে, মসি ওস্নোকনা পংগ্রেদা॥

কালা। ( শাওনা। করি। শেরা অহু হাইরবদি নমাই তেক্কনি।

( চান্দনী ইমুংদগী কালাদু .কাংকৌদুনা থোরকপা )

চান্দনী। তা কালা। তা কালা! ' লৈথমথোই তেক উবদা ) এঃ তা -লৈথম করি থবকী ?

( কালাদা ম্বেংলগা নোকখি নোকখি তৌদুনা, কালা লৈথমদা থানা ম্বেংলম্লগা চংখিবা, ময়াম্মুক নোকপা )

চান্দনী। কাকা মচাদি চংথোকখ্রে লৈথম দা।

লৈথম। থংজরে অহুবু—

ইরৈবাক্কী চেক্লা
মতম কুইরবগী তুংদা
ওসিদি অমুক নোনা
নোরবা খোঞ্জেল তাজরে
ভাহাক পুঙ্গোই চিঙ্নোকনদনা
করম্না হনসিগে।

( চান্দনী নোকখি নোকখি তৌবা )

চান্দনী। লেংশিল্লকউ!

লৈখম। মীরৈবাক্তা লেংবিরুবদি খরা লুংঙাইবিবরা?

চান্দনী। অরা লুংঙাই তিন্নৈ হাইবা তাইয়ে লৈখম-দা, মীরৈবাক্তা মতম খরদং লৈজরুবদা ঐনা উজরকই। ঐখোই জাতিগী লোল অসি অয়াম্বা জাতিনা খংবিদবনা ঐখোই ইমা হবেনশিংনা তাৰ্থনচিংবা চৎলকপদা খুদোং চাদবা য়ায়া থোকপ্রে, অসিতং কোকনবা হোৎনরবদি ঐখোইগী।

লৈখম। হোইনে—অন্থবু!

হেরা। ঐখোইগী হরোলদি মীনা খংদবনা কৈ, অরোনবা য়া ঙাংনবদা খুদোং চানদা।

লৈখম। মসিগী য়াসি তোকসি লুংঙাইবা য়ারি শাসি। (হেরা চুরুট অহাওবা অমা চৎথংদ চান্দনীগী বাঙাং অহূদ' মপূকনিংদা নোকপা।)

হেরা। বি, এ ফাওবদি মণিপুরদা তম্বা য়াবে মীরৈবাক্তা শেল হুন্দোকাপগদবগী শরুক মসিদা অমুম্মক তম্বিবনা কৎলোইরা?

চান্দনী। মন্থস্ম চুম্মি, অন্থবু লুপী ঐখোইদি ইপা ওমাগী মনাক্তা লৈরিঙৈদা খরদ খংক্ত উজহৌনবা হোৎনবা নত্তনা মন্থুংগী পুন্সিদি অমম্বনি, অন্থগা লৈখম দা থোইনা মণিপুরদা লৈনা লৈনা মথল মথাগী মৈখুদা নশা মীরৈবাক মচা ফীয়োনবশিংদা, সিনেমাদা, পৈশা খাক্লাক থুক্তোক হুন্দোকপিববুদি চাওখৎলবা লৈবাক্তা ইহে তম্বা ওইনা

লৈরুবনা ক্ষগত্রা খনজরুরে, মসি ঐগী অরানবা ওইরম্বা য়াই।

লৈখম। এঃ করিগী লাম্নুগদগে!

( লৈখম, হেয়া বা মখা ভাকম খংদনা ভুমিন্না লৈবা! মোহিনী চঙ্লকপা। )

মোহিনী। ইবেম্মা ইমানা অমুক্তা লাও হাইয়ে।

চান্দনী। অত্থুদি ঐ অমুক্তা—।

লৈখম। ক্ষনি ঐখোইস্ম চৎচরগে।

( চান্দনী. মোহিনী চংখিবা, অনিমক হৌগৎপা )

হেয়া। ভাই য়াঙাং শাঙাংদি মতা'মনিহে।

লৈখম। হেয়া—লাইরিক হৈবীনিদনা, চাওখৎপীনে. চাওখৎপী।

( অনিমক নোকতুনা থোকখিবা, কালামা মমিৎ থানা য়েংদুনা চংলকপা, মোহিনীসু মাইকৈ অমহৌ নোকমি নোকমি ভৌদুনা চংলকপা )

মোহিনী। তা কালা, নং প্রমাণ য়াম্না হৈরে, ঐঙোন্দা য়াম্না ক্ষজবা প্রমাণ অমতা তম্বীয়ুবা।

কালা। নংদি কনাদা হাইনবা।

মোহিনী। নংঙোন্দা হাইগে.

কালা। হুম, তম্বিরোই নঙোন্দদি!

মোহিনী। ভরুপীদদি করিগী তম্বিরি।

কালা। মাদি মুংশি।

মোহিনী বুত্ত! মুংশিববু মী খংহনবা হৌনবরা?

কালা। হাইনা।

মোহিনী। অত্থদনি নংবু অপং হাইরিদো।

কালা। ক্করি ! অত্থ হাইরবদি, নং ফুবা তারে।

( কালা মোহিনীবু মখম পাইদুনা ফুংগ ভোবা )

মোহিনী। হো তরুণী অমুক্তা লাও ! অমুক্তা লাও-ও ?

( তরুণী চেবখিন্নকপা )

তরুণী। করিগীনো নংনা হুপী ফুদোরিবদি নং থানা তাক্কুনা ফাহনগে কিদরা ? থাদোকউনে অপং।

কালা। হাইমা ! ( তরুণীদা গুনখিমবা )

মোহিনী। অপং। ( মোহিনীদা অমুক গুনখিনবা )

( অমুম ভোনা মাইকৈ ২মগী লংনবা কালা কুডম থংদদুনা মকোক পাইদুনা কমথবা )

---

১শুবা উৎপা

## লক্ষী

( লৈখম, হেরা বাবী শানা শানা চংলকপা )

লৈখম। হে কেতুকী কৌবী শকহেনবী লৈহি লৈতবী হুংগনবী, থুবাং চাংজো তরানা ইত্থ কাইদা লিশিংনা হিক হৈরবা খোঙ্গেলনা হাইজোগবা মপুদা লৈহি পীনৌ হায়দুনা, 'হুবু ওইরবদি নহাকসে হাহনবিদা তাইবংদা শোম্ননিদো মীওইবনা !

হেরা। বাঃ ! ফজে ফজে !

লৈখম। লৈহি পামজবা খোইমুনা চংঙকই লৈরাং নকা য়োজগে, কলক চাওবা নমাগী তম'থবা হুগী তিংথংনা খোইমু মথব্রাই ওইজবা, শাগল তুফাং য়ৈথংলে, মালেম লৈতাই-নহল্লে।

হেরা। অত্তুদগী ?

লৈখম। মখা লৈত্রে।

হেরা। মরুপ। অত্তুগুম্বা ফজবা অমতা চান্দনীদা হাইনবা তাকউবা।

লৈখম। মঙাল লৈনা তরু তহেনবা হে চান্দনী নিংথিবী, নংগী ব্রাখলনা মম্বব হেরাগী থম্মোই লকাবু মণিগুম ঙালহনবি-রোবা শকহেনবী

হেরা। বাঃ বাঃ — ফজৈ

লৈখম নিংজবা থৌরম পাংনবা ঐনা লম্বী শেমগনি, তরেৎ শেনজা ব্রাৎতনবা মরূপ নংনা লাংবিযু লেংলসি থিনজগে অসুব্রাই ফাও।

( চিংতুনা পুথিবা )

( কেতুকী, মঙ্গল লোক্ক ২ বাগী শাতুনা চংলকপ', কেতুকীনা খোগাদ লৈরকপা ফিংরোল মথোম অম' পুরি )

কেতুকী। ঙসাইগী হনফি পাতক ভোবা অপ্ত গুম্বোকনা পামজগে, অত্তবু -- !

মঙ্গল। হেরা ঙসাইনা হাইবদি থাজা।

কেতুকী। অত্তুদা পোৎনদি য়াম্না লৈরবনিনা শাওরকলগত্রা হাইদ্রনা !

মঙ্গল। কেতুকীদবু ঐনা শাওজ্জা ইম্নবদি ঐ মঙ্গল নত্রেদনা, ওঃ নং চৎলম্মো—ঐ মী অমত্তা উম্নবকখিগে।

কেতুকী। কদাইদা—হে-বা য়াদেদা

মঙ্গল। য়াম্না লুবা থবকনিনে।

কেতুকী। কেতুকীদগী হেন্না লুবা থবকসিবো লৈরিব্রাও ?

মঙ্গল। অত্ত ওইরবদি কোম্ন উম্নব তারেদনা।

কেতুকী। কয়া লুবা থবকনো ?

মঙ্গল শেল থবা পিরগদবা লৈ, মত্ত লৌশিনহৌগে ভৌবনে !

কেতুকী। পৈশা হাইবা—ভাচাক উংবিরুবনা চুম্মিদনা কয়া কুইগদবা ভাৎনো ?

মঙ্গল পুংখাইমুক্তনি

কেতুকী। ঐ পুং য়েংহুনা ভাইরনগদবনি—কদাইদ ঘড়িত্ত ঐদি চাক লোইনম্লগদবনি। (মখুমাংগী ঘড়ী লোইহৌবা)

(মঙ্গল চৎখবত্ত কেতুকীনা য়েংহুনা লেইহৌবা। লৈথম চংলকপা)

লৈথম। কদোম লেংঙুনবনো ?

কেতুকী। থবক অমা চৎচরুই।

লৈথম। অন্নাহ ব্রারী অমতং শাজনিংহুনা তানজা ভাইবসি ওম্মোকনা রাগ্রেদা।

কেতুকী। লম্নাই রা—করম্বা ব্রাকম ওৎগিরগবা- তানিংলেদা।

লৈথম। অহ্নাদ হাইজরগেকো।

কেতুকী। ফনি।

লৈথম। ঐগী পুকনিংগী রাখলসিবু শিনবিবা ভমগত্রা ভম্মোইত্রা—ঐগীদি রাখল পুম্নমক লোইরগা হাইজররুবনি।

কেতুকী। অতুবু থাজদবা ইংখোলদা, ওইদবা মপাল থাবদি, নত্তবা মপাল শাংলগা চান্নদবা মহৈ য়াম্নিদো মশানা তাবা নত্ত্রনে ?

লৈথম। কমদোবা ?

কেতুকী। অভাবী হাইজরিবা।

লৈথম।. ইস্ কোক ঙাওরেদনা ঐ! প্রমাণ পাম্বৈগী য়া অসি কাম্নদেদ'- ঐঙোন্দগী মীনস্ পংহেন হেন্নোইদা, ময়েক্তা দোং দোং হেক্তা ঙাংনসিদা।

কেতুকী। ঐনা হাইজরিবা অসি অওইবনি। হি-রম চাদনা হি·হোনবা পাঙ্গল য়াহ্না তোকপনিদা।

লৈথম। হি·রমনা থাংলগা ঙাকলোগী মপাঙ্গল লৈ, থাংবিয়ু ইনজরগে।

কেতুকী। ঐনা হি ওইহ্না থাংজগে হাইবা নত্তে, ভাব তাবিখো। খোংবান নয়া পেরেলহৈ, চানদবী মহাকপু হুরা পাথং কনানা হৈরাংশিংদা চনবীবগে, লৈথা তারবী লৈরাংবু খোইমুশিংগী মীহৌনফমনি হাইবদা থাজনবা করি প্রমাণ লৈ।

লৈথম। চানিংবা ইমশাংনা হাওই, হুংশি শরা কজৈ হাইনরিসি, হৌজিক লানবা তারিবা ?

কেতুকী। সত্য! রাশি ফবা হাইসিমক্তি ঙাঙি মথৈ তানিংই, য়েংইমথৈ পেন্দে হাইবহ্ চুম্মিদা হেক হাইজিনবদি ওম্নোকনবু পকচত্রেদা।

লৈথম। থাগৎলে থংনা হয়াওবা, চিরোলনি থংন' খ'না সুংঙাইতবা ঙমদবা মীওইবনিদো ! লম্বী য়াহৈদি তাহনবিগনু ! অথুম্বা নহাহৈ খোরাংনা ঙাইজরিবনে।

কেতুকী। অদোমগী পুকনিংদা অমুক্তা হংবিখোনে, অয়ুক্তা হৌবা নোংশুম, কাংথুন্দ। শাৎপা মপাল তারোইজাও !

লৈথম। মাতুগী ভাবতি থনবিরুনু। পুল্সি চপপা পামেল থক্তা পুন্না শাৎমিন্নজগে খঙরিবনি ঐদি লৈরাং পুকনিংবু তাবিয়বদি ?

কেতুকী। পুকনিং তাবা তাদবগী য়াদি কৈশু লৈজদে. মালংগী ইপোমদা তাওজবী লৈরাংদা, হবাওনা লৈহি চুপ্লম্বা খোইরাবা হন্নকখিনি লেপপয়া, লৈরাংসু মথংলেন অচুতবু ঙাইবয়া ?

লৈথম। মসি কায়দেদা, থম্মোইগী য়া ওইনা থনবিয়ুনে।

কেতুকী। অচু ওইরবদি ঐগীশু থম্মোই মচা অমতং লৈজরিবনিনা, নোংমা নিনিদং অচুক থনজখিবা তাবিদনা।

লৈথম। কয়া কুইনা থনবিখিদোরিবনো ?

কেতুকী। কুইজরোই।

লৈথম। অচুবু মতম অমতং থংহনবিরম্বদি য়াবোইদরা ?

কেতুকী। করিগী য়াদনি। থাসি থানৌগী অচুরাইদা সোইদনা থংহনজরকে, লৈবিহৌরো ঐ চৎচরে।

লৈথম। কনি·শোইনজবী।

কেতুকী। শোইনজবী। ( চৎখিবা )

লৈখম। থাসি থানৌগী অহৱাইদা ফিং। ভাব অমনিনা- লৈখম খম্মেদনা।

( মকোক পাইডুনা কমথবা )

— — —

তশুবা উৎপা

## যাত্রাগী শুমাং

( নহারোল মযাম মুক্তা, থাং, তা পাইডুনা তম্মডুনা লৈ, শ্যামনা কোইচং চংডুনা ডাকনি )

শ্যাম। ইচিন ইনাওশা, ঐখোইগী তশেংবা ইরল পুং, ইশৈ, জগোই পৃথিবীগী অয়াম্বা জাতিনা খংনরবনি। অসিদা নত্তে মুক্তা কাংজৈ থাং-তানচিংবা মৈতৈগী ফজরবা অশেংবা কয়া কয়াম লৈরি। ঐখোইনা কন্না হোৎনডুনা চাওখৎনবা হোৎনবা নহারোলশিংগী মথৌনি, মী ওইনা হিংবা তারবদি ইশা ফনবা, ইশা কন্নবা হোৎনবা হাইবসি তৌদবা য়াত্রবা থবকনি অডুনা ঐখোহ পুন্নমক্কা মতম পুন্নমক্তা থরাই য়াওনা হোৎনসি

( মতম অডুদা যাত্রা ইমুংদগী চৈশুনা শোডুনা তপ্না ২ থোরক্লগা লাওরগ্গা )

যাত্রা। চুম্মি — থরাই য়াওনা হোৎনগদবনি, অডুবু নপা ঐনা চারা হেন্দুনা লৈরগা কনানা থাকপিগান, কান্নদে ইচাশা নখোইগুম্বনা মাডুদা নখো ওহরুবা নতিক নত্তে, নখোই

নহ্রবশু ইনাক কৈরাক খুনবা মবুকচেল চাওবা, মরৈবাকপু হুংশিবা কয়ানা পাংথোক্লবা শোইদনা হোৎনবিরকনি, অয়ুক চারগা হুমিদাং হেনবা, চকুদা মিরাং থুরবা নখোইদি নপা নমাগী সেবা ওম্নবা অহানবদা হোৎনখো, য়ুম্বাল লোল তমখো।

শ্যাম। অহুবু থাং ভা, মুক্না কাংজৈ হাইবসি নিপা মচা ওইবগী হৈ ভবা য়াত্রবা বিদ্যা অর্মনি হায়বদায় বাবানা।

যাত্রা। ঐসু মাহু নিংথিনা থংই, মরিংজেল য়াওদবা মীবু মথৌনা হাপপীবা ওম্বা বিদ্যানি, অহুবু মতমনা কনানসু মাহুগী রাখল থন্নবিথিত্রে, হৌজিক ঐনা নখোই পুন্নমক্তা হাইগদবদি য়ুম অমগী মপু ওইহুনা মী অমা ওইনবা হোৎনখো। মা অমা ওইবা তারবদি অহানবদা করি কার চংই মাহু হান্না থিংথো, তনগনু কন্না হোৎনগদবনি। ওহদবা রা ডাংগনু, ফত্তবা লমচৎ চৎকনু। অচুম্বা থবকদমক থরাই থাবা ফাওবা হোৎনৌ। মীগা থৎন -চৈনবা থক তৌরুনু। ইরৈবাকপু হুশিয়ু অসিদনি ইপানা নখোইদা হাইগদবদি, নখোইসু নয়ুম নয়ুমদা হল্লো ইচাশা, নয়ুম নয়ুমগী থবক ইনখাং হোৎনরুরো, নখোইবু অহুক রানা মীওইনবা হোৎনরক্লবা নপা নমানা চারা হেন্দুনা লৈরগা নখোইনা মুক্না, কাংজৈ শান্নহুনা কম-দোনা লৈগনি। মল্ল কংলগা ময়োল চোংবা হৌনদবনি। ইপানা হাইরিবসি নখোই থক শাওগনু ইচাশা অরেম্বদা

মতম থক মাংহনগনু মতমনা কনাবুসু ঙাইবিদবনি হয়ো হয়ো ইচাশা।

( ময়াম তুমিন তুমিন চৎখি, খ্যামদা য়েংহুনা )

হায়, নংবু করম্বা মীনো ইবো, ঐনা হাইজবসু নশানা খংকম খোকইদনা-নম্মান্নবগী মমাংদা হাইবা য়াবা ৱাকম-লা ? চৎলু মমখিদোরে, মথা থংবা য়েন্নখাদা শিং-থয়া লৈরিবা অসি নংগী খুরা চাওবনা লোগে হাইরম্বনি, মঙোন্দগী পৈশা লৌরগা পোৎচৈ লৈক, হজিকী করিগুম্বা অমতা লৈত্রিবনি ।

( খ্যায়া বা ঙাংদনা থোকখি, যাত্রানা মচাবু মুন্না য়েংহুনা লৈখি, ঙাহাক ইশরগা অমু চঙ্লকই )

অমু। মামহল! ননাই ঐ খুরুমজরি।

যাত্রা। কনানো ? ওঃ অমু লাও ফম্মো লাও অতো।

অমু। ঙসি মামহন্না লেংথোক্লম্বসিদি হুংঙাইরেদা প্রসাদ-কাদি থরা খিৎ— ।

যাত্রা। নহাল ৱাইগীদি নত্রে, মামগী ইশাসে অতো– , অদুবু ঈশ্বরনা করি তম্মিগদগে খংত্রে, নং লাকপা মতা চারে, মামসু নংগা ৱারী অমতং শানিংহুনা লৈরম্মিবনি ।

অমু। ত্তাকপিয়ু করম্বা ৱাফম ওইরবনো ?

যাত্রা। মামনা পোকনকম ইথুল থাদোক্তুনা ইস্কাল অসিদা নথোই থ্বাইগী নরক্তা লৈরিবসি নশেল অসিগী মহৈ মশিং তমজবদা থয়দং খুদোং চাগদরা হাইহুনা লাকপনি, অদুবু লাইবক্নদি য়াদবনিনা ইস্কালদা হোংঙকপা চহি

ওন্দনা ননেহল লৈত্রে। ননেহল লৈতবা চহিদগী মামনা অমুক শোন্দুনা লৈরে, হুজিক্তি নশেল অসিসু মহৈ মশিং তমহনবসু ওমত্রে। হৌজিক মামনা খল্লিবদি নশেল অসিনা করিগুম্বা থবক মচা অমতং তৌজহনা পৈশা থরা খরদং ফাংজবা মসিদং নখোইদ। শিনবিরবদি—।

অমু মাহুদি মামহল, মানবু য়ারবদি ঐনা হৌজিক তৌজরিবা ভুবন ঠিকাদারগী থবক অসিদা য়াওহনবা য়াই।

যাত্রা হোই অছু ওইরবসু অমবু ওইরবসু নংনা মামগী অবস্থা পূম্বা খংলবনি, নশে ন্দসু হায়্রগ নংসু হাইয়ু করি য়াদগনি য়ানিদা।

অমু। কনি মামহল মানা য়ারবদি য়াওহজরগে ঐ।

(মতম অদুদা তরুণী মরোম মচা অম পাইদুনা হরাও হরাওনা চঙকই)

যাত্রা। কনানো? তরুণী।

তরুণী। বাজী।

যাত্রা। ফরেদা ইচ, লাকপা, নং তামোহু ইপানা থবক অমতং চংহনখি, মা থরা থেংলকপা তারে। হোরেল মুমিদাংগী চাক খোংনবা ঈশিং থরা শোকপিরম্মু।

তরুণী। হোয় হোয় শোল্লমগে বাজী।

(তরুণী হরাও হরাওনা ইমুং চংখি অদুগা ইমুংথগী পুল কংনানবী অমা পাইদুনা নোকনেং নোকনেং তৌনা থোকখিবা)

অমু। মুগীমচাসিবু মামহল খোইগা করি খোল্লবগে।

যাত্রা। কৈসু খোইদোকপা থোক্লদে—য়াইরিপোক্তা লৈরম্বা

হুইজোম শাজৌ হাইবা ভুবন বাবুগী লৌ পাম্নবছ্না পোক্লম্বনি, মখোইগা ঐখোইগা যুম লোম্না লৈমিন্নরকই, নশেলগা মচিন মৌপুন্নাগুম হৌমিন্নরকই।

অমু। মানা ভুবন বাবুখোইদা লৈবগী মরমদি ?

যাত্রা। মপা মমা অমত্তা লৈত্রে, অদুদা ভুবন বাবুনা য়োকপিরিবনি।

অমু। ওঃ! অছু ওইরে, ঐদি মামহন হোয়গী করিখোক্লবনো খল্লম্মিবনি অছুদি ননাই ঐসু চৎচরগে !

(খুরুম্মগা চৎখিবা)

যাত্রা। চৎলো চৎলো। (তরুণী ঔশিং পুহুনা চংলক্লগা ইবুংদা ঔশিং অছু থম্মুগা খোৎকক্লনা)

তরুণী। ইনে পূর্ণিমাসিখোইদা চৎলুবদগী বাজী ঊননিংহুনা চংগুকইবনি, গুসিদি ঐ পংকুই কুইনা লৈখোকপা য়াত্রে, করি করি ভোরমখো হাইবগে বাজী।

যাত্রা। চৎলো চৎলো মরম ওকউকে' ইচাশা। নং পাবুং ভুবমা য়াদবা থবক্তা থক ভোক্লহুকো, গুসিদি ইচা লাক্কুনা কয়া কাম্নরবনো।

তরুণী। নহালবাইগী কুচু কুমেন্দগী গুসিদি য়াম্না করে, য়েংবা মুংভাইরে বাজীগী হকচাংসু, করি চানিংবগে অমত্তদি হাইয়ু—ঐ লৈরক্তে।

যাত্রা। ইপা থল্লগা হাইরক্তে। হুজিকমক্তি চানিংবা খোই লৈত্রি, মমশিন্নকলে ভাইখো—নবুং লাকএ, ইপা জেপহনগে !

( মতম অছুদা শ্যাম থাও থগা পাইদুনা পরপ পরপ লাক্লগা ইবুংগা চংখি অহুনা ঘোয়ক্তুনা )

শ্যাম। কদাইদগী চেংনো—চাকথুমাংদা লৈরিসিবো ?

যাত্রা। হাঃ নুপীমচা !

তরুণী। মানি ঐনা পুরকপনি !

শ্যাম। নঙোন্দা কনানা চেং পুরকই হাই।

তরুণী। কনাসু হাইদে।

শ্যাম। হাইত্রবদি করিগীদমক নংনা মীগী চেংকুদগী লোম্না চেং পুহনা লাকলিবা—হয়ানবী।

তরুণী। তাখো শ্যাম।

শ্যাম। নচিল অহনা ঐবু কৌরকহু—চৎখ্রো চৎলু—হয়ানবী।

( থুবাক্না মমাইদা থাবা ইনবা তরুণী কপ্না কপা লৈবা )

যাত্রা। হাই করিগীদমক্তনো নংনা ইচাবু কুস্নিবদি, মখোন কারকপদা ঙাওরিবী তনৌ তনৌবী মাগুম্বী লৈশাবী মচা অমনা ঐগীদমক্তনি হাইহুনা লম্বীদা ময়োম অসি পাইবদা চিংনবা লৈতবা থম্বুবদা থংহোদনা থম্মোইদা ইথক হোরি অহুগা নংনা ইচাবু অহুক থীনা কুবিরিবদি করিগী দমক্তনো ?

তরুণী। ( কপ্না কপা ) লোম্না পুরকপা নত্তে, ইমানা অনাবা হংবা চৎলবদি চেং পুখো হাইহুনা পুরকপনি বাজী।

যাত্রা। ( তরুণীবু কোয়গা ) কপকহু তোকলো· নবুং অঙাওবা অসে ইপানা চৈনি, হাই নচল অসিবু মতুংদা অমুক হয়া

অহুম ভোমুবা হুয়বদি ঐবু কত্তে হাইগনুকো। চৎলু ইপা অসুবাই ফাওবা লেপপীগে।

( চৎখিবা )

---

৪শুবা উৎপা

## কেতুকীগী ইমুং

( মঙ্গলনা হিগুবা লৈ. কেতুকীনা ইশৈ খন্না খন্না মঙ্গলদা পাবা ইনবা )

ইশৈ

থব্রাইদগী য়েঙ্গবা নহাকনি
থম্মোই মণি কোঙজগে॥
থাদোকপিদ্রু ননাওবু
ওইজগে নহাকপু পুনসি লৈপুন॥
পাম্মু নংগী য়াথন্দা
মুংশি মৈশা লাংবদি
থম্মোই পনজিল য়াইরকলে
চেন্না লম্বী উদরে
লমজিংবিয়ু শকহেনবা।

( মঙ্গলনা নোকতুনা মথুং পাইদুনা চিংশিনবা )

মঙ্গল। তাও বা হাইগে। নং অসে ঐগীনি, ঐ অসিমু নংগীনি, থাজবা?

কেতুকী। য়াহৈ য়াভানা পুকনিং খোগংপিদি হাইববু অদোমগীদি পুকনিং য়াওবিদবসিদা।

মঙ্গল। অহু ওইরবদি হয়েংদগী য়ুম অমা শারো, ঐ অসি ননাকগী লেংত্রবদি খাজরেদনা ?

কেতুকী। অওইবরাও ?

মঙ্গল। নত্তবদি।

কেতুকী। অছবু শারিগৈদা ছুতলা ওইনা পিক্তক তৌনা তনান তনান্না লৈজবদো ঐ ওস্থোক্লা পামজত্রে।

মঙ্গল। ওঃ অছুনা ক্বা তাই। হয়েং মিস্ত্রি কৌছনা চেক লিশিং কয়া চংগদগে হংউ। মথা থংবা য়ুমকম অসিদা অকবা তুমিং য়েংলগা যাত্রা হেক্তা হয়ু।

কেতুকী। ইহে-ইকাওবু কাওইনে, ভসাই সনাগী শেল অরাংপা খয়া অহু পিয়ু হাইছনা মথোইগী মী অমা লাক্লমই, মাহুদগা হয়েং খয়া পিখোকখিনবা

মঙ্গল। কয়া য়াংলিবগে--পিখোখোদনা – সোনে।

( লুপা পিবা )

কেতুকী। ইবুঙোদা অছম হাপচিনবিয়ু—ইমুং অসিদা লুপাকা থম্বিরমগনু মতম্না ফত্তবদা ওস্থোক্লা কিজত্রে—তান চাবদা ইবুঙোনা লেংখোকপদা অছম পিবিরম্মু।

( মঙ্গলগী কুপ্থংখাওদা কেতুকীনা হাপচিনবা )

ঐ ইবুঙোগী মকমদা লম্মন ওস্থোক্লা ভোত্রেদকো, উপাই-নদি লৈত্তবনিনা ইবুঙোদদা য়েংলে, ঐদি য়াদি হজংপা ইঙম ওমজত্রেদা।

মঙ্গল। করিনো? হাইনিংবদা হাইবু- নং ঐবু অতোপপা অমনি থল্লিব্রাও?

কেতুকী। থনজদেদা। তানজা অসিদা নিপা মচাগী চিঠি অমম্ম হেক লাকই।

মঙ্গল। শেল থায়কউ হাইরিবয়নে?

কেতুকী। Hostel দা লৈবহ্ন চুংঙইত্রে—য়ায়বদি অতোপপা বোর্ডিং অমদা লৈগে শেল থয়া থাবিয়কউ হাইরি।

মঙ্গল। হয়েং লুপা ২০০৲ য়োমদং থাবিখোদনা।

কেতুকী। থা-থাগী মাগী শেল হুমবা হোৎনবদা ঐস্ম চাকম থককম থংত্রবনি, ইবুঙোদদা য়েৎলেদো—হয়েং মানা মহৈ তম্বা লোইরগা ইবুঙোগী সেবা তৌহনবা হাইবহ্নি, অহ্নগা ঐনা হাইজগদবা অমনা—মীগী মীয়া লৌবিগন্নুকো।

মঙ্গল। মঙ্গলদি মীনা ঙাংব য়া লৌদে, মীয়াবু লৌরবদি নংগী ননাক্তা অমুক লাককম লৈত্রবনি, মথোইগী লৈকাইগী মীশিং অসিনা নংগী নরাসে ওম্বোক্না তমগ্রপোৎনি।

কেতুকী। মীয়া ঙাংবদা চজিক হাপপা থয়া লৈ, মশা মশান' হেক কয়কলহ্ননা— ঐ ইশামক থংই—থাবয়ৌ ওইরিনি।

মঙ্গল। নংদি কয়া থংজিবা?

কেতুকী। মানা নিঙিগী ইবুঙোগী য়াসি ওম্বোক্না হংগ্রে, থংনি ইকাইদবীদো মশম পাইহ্ননা হাইগে।

মঙ্গল। হায় হায় মানা নত্তেনে হায়কহ্ন।

কেতুকী। মাগী মাগী পানবা ওয়বদি হোৎনহ্ননা ঐগী চুংঙাইবা থজিক্তং উবদা য়েৎকদগীদা হোৎনবা।

মদন। কামদেবগী মীরা তাংহনা—সে অসি থমজিল্লু—ঐ তাহাকা পোৎথাগে।

( মদনবা কয়ুংদা কাবৎহুনা হিগপা কেছুপী কৈদুন চিংখৎপা )

---

## ৫শুবা উৎপা

## ওয়ারিয়ান লম্বী

( থবক শুবা ময়াম মঙুংদা ইথৈ থকহুনা চৈ, হবাপাঙী মথোন তারকই, ভুবনগ চান্দনী, তম্পী তু'থ-মাংথা চঙ্লকই, অমু চঙ্লকহুনা খুমই )

অমু। খুড়া ইবুংঙো!

ভুবন। অমুসিং —! মুংঙাইদা ঙসিদি ময়ামসি থরাই মুংঙাইনা থবক শুবা উইদা

অমু। খুড়া ইবুংঙো, ময়াম অসি ঙসি অয়ুক্কী অনৌবা মথৌনা অমা পুমহাপ হাপখ্রে

ভুবন। করম্না— ?

অমু। ঙসি অয়ুক্ নমাই ঐগী ইশেন অমা থবক শুবা য়াওগনি লাকলে। মানা থবক শুবা ময়াম অসিদা "ওরিবা থবক অসি ইবুক থম্বা থবক্তা নত্তে, ইরৈবাকী ফনবা, চাওখৎনবা থবকনি, ঐথোক পুম্নমক ইরৈবাক সেবা তৌবনি হায়রিবসি কাওরোইদবনি" অসিনচিংবা হাইহুনা ময়াম্মক মরম্মাইগী থবক ওইনা থনখ্রে।

ভুবন। অং - কজৈ হাই, য়াঙাংদি, অং লাইরিক লাইও হৈজবা মীরা ?

অমু। ননাইহ্ মেত্রিক ফাওবদি তমজরবনি অহ্নদা লাইরমন্নু না অহুম তোকপ্রবনি।

ভুবন। মেত্রিক পাসভি তোহোত্রবা—নত্তে—অমু—নিপাহ্ অমুক্তা কৌরু।

অমু। কনি খুড়া ইবুংঙো ! ( চৎখিবা )

ভুবন। তারবরসে ইচাশা ! হৌক্রিকো মণিপুরগী কিভম অসে—অঙকপা ওইরক্রবনি, চানিংঙাই লৈরক্তবনা মৈতৈ মচাগী কোভম নোংমা নোংমগী চাইথরক্রবনি।

চান্দনী। মসিবু করিননো পাবুং।

ভুবন। মসি অতৈ করিদগীসু নত্তে—ঐখোইনা থবক অমতং পাইথৎলমদাইদা ফুংগী য়াথল থম্নহৌদবনা—ইশা ইশাগী ওইজবা থিবদগী খোকখিবা ঙাক্তনি, চাওথৎপগী মশক মুন্না থংত্রিন্নৈদা মঙাম্দা মিৎ থক্লবনা অঙাওবা ওইখিবনি।

( অমু শ্যাম চংলকপা, শ্যাম উবদা তকপী ঙক্লা য়েংবা, চান্দনীসু থংহৌদনা ভুবুংবা অমা পোকপা )

অমু। অসিনি খুড়া ইবুংঙো—খুরুম্নু শ্যাম।

( শ্যাম ভুবম্না খুরুম্নগা মুন্না য়েংবা )

ভুবন। নমিং করি কৌই, কয়ুমনো ?

শ্যাম। ননাই ঐ শ্যাম কৌই, মাইবমনি।

অমু। খুড়া ইবুংঙোসু খংরিরম্বা য়াই—, ঐখোই মামহন যাত্রানা পোকপনি।

ভুবন। হাঃ যাত্রানা পোকপা ঐদি শাপ্পা খল্লুরেদা, নং যাক্টদি কমদোরি ? ঐখোইগা লেংগানি, নহা ওইরিবৈদা মুক্ত কাংজৈদা কাওরম্বা মী অমনি মরিংজেল মখৌনা লৈবা নিপানি যাত্রা হাইবত্থ। নংদি হিসাব মাষ্টর-রোল কাদি নিংথিনা শুবদি ঙমগনিদনা ?

শ্যাম। খুড়া ইবুংঙো।

ভুবন। অত্থদি নং নবাই অমুগা তান্নত্থনা ইপাগী ইঙেং থরা পাংঙদনা। নংনা নবুক শেংনা থবক তোৌরবদি ঐগী থবক অয়াম্বা মথৈ নত্তোন্দা শিন্নগনি, অত্থগা খা-খাগী তলব লুপা ৬০।৬০ পিনি ইপানা।

শ্যাম। ঐগী লাইবক কবনি খুড়া ইবুংঙো

ভুবন। ঙসিদি অঙাংশিং অসিগু কাইনা খুরুমগনি হাইত্থনা ইত্থং ইল্লকলে, মুংশা অসিদা ঈশিং থল্লবা, নখোই যাইদা ভাহাক লৈরমখো ইচ'শা ইপা ময়াম অসি উন্নরুখিগে, অমুসিং মী থরা য়াম্না থবক শুহন্নু — হপ্তকী তারিখ অসিদা লোইরদবনি, কাছাড় রোডকী থবক অসি হৌদবা য়াত্রে অতো।

অমু। ননাইগু খুড়া ইবুঙোনা চানবিরবনিনা, খুংলম য়াম্না চারনি হৌজিক্কি।

(ভুবন, অমু, শ্যামমচিংবা ময়াম্বক চংখিবা চাক্লী শ্যামনা চংখিবা অত্থদ' মিংক্ম হোংদনা য়েংত্থনা লৈবা)

তরুণী। (চংশিল্লকত্থনা) করি য়েংলিবনো ইচেম্মা ? ভাওরবরা করিনো ?

চান্দনী। ( খংনা ) হাঃ করি হাইবা ?

তরুণী। কনা য়েংইবনো হাইবা ?

চান্দনী। কনাসু য়েংদেদা।

তরুণী। মিংচু লাওমন্নিয়ে খয়া লাওনা পাংথোকখোও।

চান্দনী। করিগী ?

তরুণী। করিগী ওইনি, মিংনা মিংকী মথৌ পাংথোকহল্লিবা নত্রা ?

চান্দনী। নং গুসি য়েংঙোই।

তরুণী। ঐবুদি অমুক য়েংজবসু ওসাইনা উজয়ে।

চান্দনী। মসিগা বা ঙাংনবা তনশ্রে।

তরুণী। অচুম্বগী মমাংদা অয়ানবনা লেপপদি তনকম থোকই।

চান্দনী। মসিবু ঙাওয়বরা করিনো ?

তরুণী। হোইনে ঐরা মীরা অঙাওবা অমদি য়াওরে।

চান্দনী। ঐদি ঙাওদে নং ওইরিনি।

তরুণী। হোইনে ঐদা অঙাওবা ওইজয়গেনে অহুবু হৌজিকী মীহু পুকনিং তাকরবনে ?

চান্দনী। তরুণী নং গুসি চৈ চানিকো চিদ্বিবী।

তরুণী। হুম্ লেওবা পুলিগী লমশাং কয়াদা অকিবগী নোং-হুংশিং মরক্তা লুয়বা পোৎলুম পুনবা করিগীদমক থৌয়াংলুরি ইবেম্মা। খাশিগী খাবলদা খুনবা 'মণিদি—নোং ঙাল্লগা লিকাল মচেৎ ওইরমৃগনি কম্না পাইরয়বদি থুৎপু য়াংলম-গনিদা। হৌজিকী মীহু মশক খংবা ? মা পাবুং য়াওবগী

ময়াইবক ফবনি, নত্রবদি থিয়ে মথৈ হাইছনা মথক
লাক্নুনা ইনথিগদবনি।

চান্দনী। করিগী ?

তরুণী। করিগী ওইনি, মথৌ নৈতনা লাকপিছনা মীবু করিগী
মচিং হৌহল্লি।

চান্দনী। এঃ থংবিরেদা।

তরুণী। নত্তে, থানা ভাক্নুনা মাবু কাবা তারে।

চান্দনী। হোইনে হোইনে কাহল্লোনে।
( চান্দনী চিংথক্তা চেনথংপা তাঙ্গালিদা শ্যাম চংলকপা )

শ্যাম। ময়াম্বক থড়া ইবুঙোনা অসোমদা লেংঙরবা।
( চান্দনী চিংথক্তগী হন্না য়েংলকই, শ্যামদা থিং চাবে, শ্যাম মফ
দুকথৈ )

তরুণী। ইচেম্মা। ইরুজনিংবগা খোংস্থ তেকলে — লাক-ও।
( চান্দনী কুমথরকই থংহোনদনা খোংফম শোইছনা চৌথো মথাই—
থাইখিন্দুনা ভুরে ই খোকলে )

চান্দনী। ( হেক ভুবদা ) ইম্মা।

তরুণী। ইচেম্মা। ( তরুণী, শ্যাম হোৎচিজি, কোমথংলি শ্যামনা
রুমাল লৌপোকচুনা ই তৈখোকই )

---

## ২শুবা অঙ্ক

## ১বা উৎপা

## ভুবন বাবুগী কক্সবা কা

( চান্দনী মমাইদা লৈখিবা দাগ অহু মিংশেল অচৌবা অমদা য়েংহুনা অহুম তরুণীকই, তরুণী, চেনখিরকতুনা চান্দনীগী মতৌ অহু শংব্রিক য়েংলগা )

তরুণী। কোল্লরোইএ—কৎব্রনে কাউদনবা।

চান্দনী। কৈদোবা ?

তরুণী। হাইজদে কৈশু।

চান্দনী। নং অসি ওহোক্লা নচিন থিব্রেদকো, মীনা শিবনা চিন্দগী, শানা খোঙ্গুলদগী, ঐশু নোংমা নঙোন্দগী।

তরুণী। কৎব্রনে অহুবু—এঃ ঙাইখো ইচেম্মা !

( ককলাংবা থেংপা কেলেঙবনা য়েকপা কৃষ্ণগী মূর্ত্তিদা থুদোক্নবী থিরগা )

শ্যাম নত্তরাজ—কজক্রা মূর্ত্তি অসে, মিংতা চমদেনে, মী শিননি।

চান্দনী। ( মূর্ত্তি অহু মুম্না য়েংলগা তুমিন্না লৈ, তরুণীনা চান্দনীগী কিতম মুম্না য়েংলগা অগোই শানা শানা ইশৈ শকলকই )

ইশৈ

হো শ্যাম নত্তরাজ কিজেনে রাখাল রাজ

খোই খোই মিংচি লৌহৈবা

লোম্না তেজা খোংবরা

তয়াল ঙব্বা চিনবাল্লা,
খোইরুম বাঁশী খোংবদি
গোপী পুকনিং লাংহনবা
রাখোক চাওবী ওইহনবা
নহাক থকী নত্তরা।

হো শ্যাম।

(রজনী বা ঙাংনা ঙাংনা চংলকই )

রজনী। ইচাশা নং ভা-কালা লৈবরা ?

চান্দনী। লৈরিনি ইমা—কমদোনরে ?

রজনী। —ঙসি রা পুমলোই লোইনরে।

তরুণী। —লুহোংবদি করি তুমিংত্তা ?

রজনী। মখোইরোমগী অহল লম্মনগা নংগী পাবুংগা পাক্কী চৎনব্রি—কালা—কালা।

কালা। ( মরুংদগী ) করি ওইরবনো ?

রজনী। লাও ইমা রা অমা হাইগে, তুগীমচা নংগী কাকাদি লৈবরা ?

চান্দনী। হৌজিক্তা হন্নকই।

রজনী। অছুদি ইমানা ঙাহাক্তা লাও হাইরু চৎলু। তরুণী, নংনা মথা থংবগী নক্কাল কৌরু, ইমানা হৌজিক কৈথেল অমুক্তা কামিন্নরুসি হাইরু।

( চান্দনী, তরুণী মাইকৈ অনিদা থোকখি, তরুণীনা থোকখিবা মাইকৈদা কালা চংলকপা উনহৌদহনা কক্তা থেংগাইনে )

তরুণী। ইস্ নমিং পাত্রাও।

কাদা। নংদি, মমাই কয়া থকপ্রবনো ?

রজনী। হা ! কৈকৌনরবগে ? শোক্লরবরনেহাই ?

তরুণী। মানা অচুম্বা শারিয়ে, শকতি তমনা লাই মাল্লহুনা—থিদা অপং অসিদি।

( চংথিবা )

কালা। ( শাওনা ) নং মুগেদো।

রজনী। ইয়া করি থোনকম থোন্দানো হাই, অচুম হাইনবা হৌনবরা ?

কালা। মানা থেংগাইবগু হৌরগা, মীপী অশাওবীনু হাইরম্মিবা।

রজনী। অচু হাইববু করি শাওকম লৈবগে, নংদা থক শাওকপু মথন্তা ইকাইজহুনা তোকচথিনি, লাও ইমাগা রা অমা অচক তাল্লসিসে, য়েংঙোই নং কাকা মচাপী হয়েং হৈজপোং পুব তারে, নং ইমাগা কৈথেল চাইহাক্তা চংনুসি।

কালা। ঐ থবক লোইত্রি, লেংথংপিরম্মো, ঐ কোল্লা লাকচগে।

( চংথিবা )

রজনী। হোয় হোয়। শোইবা য়াবা থবক নত্তে, অরুবা থবকনিকো।

( মদন চংওকপা )

মদন। করিপীনো ঐবু কৌই হাইবো।

রজনী। এঃ ইতৈমগা য়া অমতং অচক তাল্লসি হাইহুনা কৌবনি, কম্পু।

মঙ্গল। হাইগদবা রাহু হাইরো—ঐ থবক লৈ।

রজনী। নিংথিনা মেন তানা ঙাংনদবা য়াদবা রাকমনি—কমথৌনে —শা-লাল লাক্তোন। করিগী অচুক কিংঙিবগে।

মঙ্গল। অরুবা রাকম ওইরবদি কোয়া ঙাংনরসি।

রজনী। ইহে। ঙাইখোসে! নংগী নুহোংবগী রানি।

মঙ্গল। ঐগী নুহোংবগী রা। (নোকচেং তৌবা)

রজনী। মানি! হন্দক ইতৈবা থোইনা শিন্নিবা থবকসে।

মঙ্গল। ঙাইখো! নুপাদি কনানো?

রজনী। ভানু।

মঙ্গল। ভানু হাইবদি থোকচোম মচাদো।

রজনী। মানি! হৌনৈ হাইহুনা ইতৈমনা অচুক মহাইবনি, তামোচৌবনা করবদি নংগীসু করে নত্রা?

মঙ্গল। হাঃ হাঃ হাঃ পুনসিসিমগী লোইনবী ওইহনা লৈমিন্নগ-দোরিবা মীশকপু—খ্যাইনা করগা কমদোনা কগদোরিব-নো?

রজনী। মাহুগীবুদি চুমই। অহুবু—।

মঙ্গল। মথা তাক্রবসু য়ারনি। (চৎকে তৌবা)

রজনী। ইহে ঙাইখো রা হাইথিগে তাখো। (কাবা)

মঙ্গল। কায়দবা রায়েমনি তানিংদে!

রজনী। অহুবু ঐনা হাইগদোরিবা রা অসি নং অমুক্তদি ভাব তানা তাখো, ঙসি রা লোইনহুনা হয়েং হৈজপোৎ পুদোরিবনি।

মঙ্গল। । পোৎ-চৈ মাংজন্নী। ঐ লোৱোই মুপীহু— হাইদোকখো।

রজনী। কৰিগীনো নংনা অহুক কবা মীশকপু লোৱোই হাই-ৱিবদি? মশক ফজে, মরল লৈ, জাৎকীসু মচা, মাগী কৰি ৱাৎলি, অহুম হাইবা হৌনদে, মীনা ভাৱগা কৰি হাইখিনি। নং ৱাথল লৈতবা মাসু নত্তনা অহুম থক ভাংগদু তুমিন লৈয়ু। নংনা লোৱোই-হাইবগী মরম হায়ৱু?

মঙ্গল। মরম—পামদে।

রজনী। পামত্ৰবসু—হৌজিক্তি দগুনি খংলবরা?

মঙ্গল। হাইবদি নখোইগী ননিং থুংনবা নত্রা?

রজনী। তামোচৌবনা নংগী ফত্তনবা শিল্লমগনি থাজবরা?

মঙ্গল। মথা তারদু তাজনিংদে ঐ!

রজনী। ইহে নং ভাওৱবরা? ভাইখোনে, অরাইবা থবক্লা, মী শিনবা য়ারিবনি খংউ।

মঙ্গল। শিনিংঙগা শিজসমু কৈনৌনি।

রজনী। ইয়া! নংবু পুন্সি অসিমগী নয়ুম পাল্লরোইজ্রা নত্রগা নংগা হাইনা শিংনবা মী লৈবরা? অওইবা অমা হাইয়ু।

মঙ্গল। মাহু ইতৈমাগী নখৌ নত্তে।

রজনী। কৰি নত্তনি, নং কনানো?

মঙ্গল। মঙ্গলন, ৱা অমিরক ভাংবা তাৱবরা! চৎকে হন্দোকউসে।

রজনী। শাওগৎখিগু ভাইখো—ইতৈমানা হাইরিবা ৱা অসি নং অমুক্তদি নঞ্জ লুক্লা থম্নখো—নত্রবদি মথং মথং ক্লাইনরক্লুনা

লোইনা কাইপ্রগনি, ঐনা হাইরবদি নংগু য়াগনি হাইছুনা তশেংনা ইতৈমনা লাংঙুরিবা থবকনি, ননিং থুংব্রবগু ইতৈমগী মাই য়েংছুনা হন্দকী থবক অসি তাথোচৌবগী নাকোং শাহল্লহুসি। করিনো নংন' অপাম্বা পোংশক হাইয়ু ইতৈমা লৈগে।

মঙ্গল। ঐবু অঙাংদৌনা—ইশি-শিনা নোক্নরনি।

( মঙ্গলনা শাওনা চংশদা রজনীনা কাবা—ইস্থ,রম্নগা চংখিবা )

রজনী। ইবুংঙো মঙ্গল!

মঙ্গল। ঐগু লোইনা থংই. পোকমিন্নদবা ময়াম্বনা মনাওগী ফনবা কৈদৌঙৈদা শিনবীকম থোক্কে।

রজনী। করি?

মঙ্গল। অওইবা নত্রা? ঐনা হাইরিবসি—নখোইনা ঐবু পোকমিন্নদবা ননাওনি থনবদগী ঙসি ফাওবা কয়া থাজদনা থম্মি।

রজনী। মঙ্গল! হাইনু হাইরগা—হাইখোদনা (হুবা) হাইয়ুনে হায় (হুবা)। ঐনা ইমুং অসিদা হেক লাকপা হুমিত্তগী নং অসিবু ইচামকনি থনজরক্লবনি, নংনা নমান্নবা মরক্তগী মীথক থোংবা অসিতা ঐগী লাইনিং ওইরিবনি, অহুগা, ঙসিদি নংনা ঐগী মুংঙাইজবা রাখল অহু কাইহনগদৌরিবা! নংনা হাইদোকপ্রিবা রাহৈ অহু ঐনা শিত্রিঙৈগী মসুংদা অমুক হন্না তাহল্লবদি থুদক অহুদা ঐগী থন্নাই অসি থাদোকদবনি। মঙ্গল, ইতৈমগী ইবুংঙো, মী শিনবা য়ারবা মতাংনি অমুক্তদি থম্নখো।

মঙ্গল। হুম ! ( মথাই ঙাংবা থাওনা চৎখিবা )

( মতমদুদা ভুবন, কালাগা রা ঙাংনা ঙাংনা চংঙকপা )

ভুবন। নং হৌজিক চাক চারগা ঙারিয়াম্দা চৎতুনা মাখোই থবক শুবা মী ২০।৩০ মুক কৌরু, গাড়ী তোংখো মতম লৈত্রবনি, যুম·কৈ-কাসি— ॥

কালা। করি সুমিৎতা তারবা লুহোংবদি।

ভুবন। খোরকপা ১৩নি পানবা ইরাই সুমিৎতা তারে, ঙসি ৮নিদা ঙাইরে।

কালা। সুংঙাইরেদা অত্তুদি—ঐ হৌজিক হেক্তা চৎলুরগে। ( খোকখিবা )

ভুবন। রজনী ! নখোইনা হুজিক ফাওবা তুমিন্না লৈখোকপা চুমদ্রে, ঐঙোন্দা হংজবসু নংনা চোপ্তনবা শিন্নুরো। অরাৎ অপা মীগী মমাংদা চেন্নবা ঐ পামদে, অরাংফম ওকাশিং কনা কনা হাইহন্নুরে, হৌজিক বৃদ্ধি মাংবা য়াবা মতম নত্রে।

রজনী। পুন্নমক লাইরি রা ঙাংবা খোক্তবা থবক অমা।

ভুবন। কৈদৌরবগে হাইয়ু।

রজনী। করি হাইনা হাইদোনো ঐ থংত্রে, হন্দকী থবক অসি ইবুঙোগী মবুকনিংদা।

ভুবন। হাঃ কৈদৌবা? মানা পামদে অসিরা ?

( রজনী খুমদে, ভুবন ঙাহাক থন্নগা )

উম্ মাদি লৈবরা ?

রজনী। হৌজিক্তা সিদগী খোকখি, লৈরিনি।

ভুবন। কৌরু ! ঐনা লাও হাইরু।

(রজনী মক লুকতুনা থোকখি, ভুবনসু হঙৎহন্দা চৎতুনা রাখল তৌরি, ওাহাক লৈমগা রজনী মঙল ভুংথ-মাংথ চংশিন্নরকই )

উম্ তাও ইবো ! মসি শন্না হাইরবদা ইমুং অহুগী অহলগী মথৌনি থবক অসি, নং নশাদা রাখল লৈত্রিবা অঙাং নত্রে, হন্দকী থবক অসি নংনা অহু-অদা অমুক লোয়নু।

মঙল। ঐগীদি ঙসাইনা ইতৈমদা হাইজত্রে।

ভুবন। ঐসু লোইনা ভাব তারবনি, চুমদবা নত্তে, নংনা খল্লিবা অহু, পুনসি চুপপা লৈমিন্নগদবা মীশক্তি মশা মশাগী মরা মপাও নিংথিনা খংদোক্লহোবনা চুম্মি, অহুগী মতমদি লৈত্রে, মপা মচা মচিল মনাও পংঙাং ঙাংনবা য়াবা রাকম নত্তে, য়াম্না নরু লুন্না থল্লগা রা ঙাংও।

মঙল। চৎলোইদবা রাকমদা হঞ্জিন হঞ্জিন ঙাংনবা ঐ কয়া পামদে, ঐগীদি থল্লগা হাইজরবনি।

ভুবন। অহুবু ইবো ঐনা হাইরবদি নংসু রাখল অমদি থনফম থোকইদনা !

মঙল। ঐবু লাম্না লৌবিনু।

ভুবন। করম্না লাম্লোই, ঐনা হাইবদা নংনা ইত্রবদি কনানা ঐবু ইকাই খুম্নবিগনি, নংগী রাঙাং রাতাহু তাবদা ঐ অমুক মথা তাফম লৈত্রবনি অহুবু নিংথৌ লৈবাক্তা তিন শিং-কৎলগা কনাদা তাই। ইমান-ইমান্নবা মীগী মচা নিংঙোল চন্নু অমবু ইকাই খুম্না হাইজ-চৎচহনা লুহোংবা

হুমিং তমলে অহুগা হুজিক্ ইচিল অসিদগী রা অসিবু কমদোনা হাইরুনি। ইস্ লুইদা অসে, হুম্ নত্তে, ইবো কনা লুরে হাই রাকম অসি।

মঙ্গল। মশানা য়াত্রে হাইবিখো।

ভুবন। করি! বিষ্ণু বিষ্ণু, নং অসিদি ইবো।

রজনী। ইবুঙো! নংবু কনা জ্ঞান লৈবা মীনি, তামো চোৎনা হাইবা রাবু নংনা হন্ত্রবদি নংবু লেমগত্রা?

মঙ্গল কান্নদে, ঐঙোন্দা রা ঙাংগনু ইতৈমা!

ভুবন। করে ইবো, হৌজিক্কি রা ঙাংনফম লৈত্রে নংগা ঐগস্নু ঙসিদগী—, নংনা ঐবু পোকমিন্নদবা নয়াম্বনি হাইবা!

রজনী। নত্তে নত্তে, রাহু মথা তাবিরনু। নিংথিনা মেনত্তানা হাইনরগা মাগুম্বনা য়াদবা মতিক্লা? কোম্না ঙাংনরসি তোকপিরো।

ভুবন। তোকপা য়ারিবা বারা অসিবো। ঙসি চনিদা ঙাইরবনি লুহোংবা হুমিং। তাও ইবো ঐনা হাইরিবা অসি অরোইবনি। মসি ফাওবদা নংনা ময়াত্রবদি ঐ হিংহনা কান্নত্রে শিবনা কৈ।

মঙ্গল। ঐগীদি হাইজরিবসিনি।

ভুবন। অহুদি ঙসিদগী নংগু নংনা ফগদবা মকম অমদা চৎলো, ঐনা থল্লম্বহু লাম্লে।

রজনী। করিগী লানগনি মহাক ইনাওনি।

ভুবন। তুমিন্না লৈয় রজনী, থিল্লে চৎলো ইবো, নশক অহু উবদা অকিবা পোকই।

মঙ্গল। হুম্ শা-শনস্ নত্তনা তাল্লগা হেক চৎকদরা?

ভুবন। করি? শা শনস্ নত্তনা! নং খাঙ্গৈশেংবা মতু পান্দে হাইবদনি, শা অমনি হাইবদা কমদৌনা লানগনি, ঐগুম্বনা তানবদা—নংনা চৎতবদি নতিক করি লৈ?

রজনী। করিনোদা—অঙাওবা অমনা ঙাওরগা মান্নরবদি অতা-অউ য়াওগ্রগা করি হাইনখিনি, তুমিন লৈবিরো কোল্লা খম্নসি কৈদৌগে?

ভুবন। হন্দোকউ, সুংঙাইতেদা! মপাঙ্গল চাওরে হাইহুনা ঐবু খোওইরকত্রবদি, ঐনা হৌজিক নঙক পাইহুনা ইনবদা ঐবু খিংগদবা মীদি পোকপ্রা হায়—খিল্লে চৎগ্রো।

( মঙক পাইহুনা ইনগে তৌবদা রজনীনা ভুবনবু কাবগা )

রজনী। ইহে কৈদৌগে ভাব অমুক্তদি ভাবিখো।

ভুবন। সুংঙাইতে হন্দোকউনে রজনী। মসিদা ভাব তাগদবা কনা লৈ, ঙসিদি মা-রা ঐরা অনিগী মরক্তা অমদি লৈরয়োইদবনি, নং মাহু খংদরা?

রজনী। ( মঙলদা চংখিন্দুনা ইনখিবা ) অঙাওবা, চেনগ্রো চৎলো নং চৎলোনে। ( মঙলনা খাওনা রজনীবু ইনখুম্নগা কন্দুনা চংখিবা )

ভুবন। ইস্। বিষ্ণু! বিষ্ণু!

---

## ২বা উৎপা

## লক্ষ্মী

( কেতুকী, হেয়া, লৈখম, মাগী খাডুমা খোয়কপা )

লৈথম। শক ফজে হাইত্নুনা মী অসি পংচাও চাওথোক্ন্নুসিদা, কৈগী মপাল নাপীনা তাং, নাপীগী মপাল কৈনা-তাং হাইবঃ য়াম্নু মরৈবনি।

কেতুকী। করিনোনে ওন্থোক ওন্থোকপা য়া ঙাক্তা তাকপি-রেদকো। ঐনা করিদা চাওথোকচরবগে—য়োৎপু শাহন্দনা মথৌ শংবা য়াব্রাও ?

লৈথম। শাহন্নবা হোৎনরিঙৈদা মীনা শৎখিত্রা অসিনি মুংশা থিরিবা।

কেতুকী। কনানা শৎলদোরিবা ?

লৈথম। মথোইগী মীনাই-মচা চুতৎনবা শ্যাম হাইব্রা করিনো অদো।

হেয়া। হোই, ঐশু মাহু চিংনৈনে ! মাবু ইমুং অহুনা ওন্থোক্লা য়াঞ্জে, ওন্থোকনা লুনা ভোথ্রে।

কেতুকী। হেয়া বাবু ঐগী য়াসি নাপম্নি হাইনদি লৌবিগন্নু। কেতুকীনা শেমগে নিংঙবা মুপী পাক লিৎথিনি হাইবদি থনবিরুহু।

লৈথম। অহুনবু ঐথোইস্নু মীশক থংনা য়া থংলরিবনি।

হেয়া। অদুগা হৌজিক্কী মতমদা হেয়া ঐথোইবু পাম্মোইদবা মীশক্তি থরা মতাংগনি।

লৈখম। (কেতুকীদা মিৎ থৎতুনা) অহুগীবু হাইরুরবদি মাগুম্বীবুদি হেরা বাবুগী মতিক চাদে হাইবা। অহুমকপু হেরা বাবুনা সুংশিরুরে পাম্মুরে হাইরবনিনা নঞহুনা লোদবা য়ারিব্রদো, মথুড়া অঙাওবদে। কোক কাজিন্নগা লোইরে।

হেরা। করম্বা কাসিগেদো লৈখম বাবু।

লৈখম। শেলনা বাবু—শেলনা! মী ফাবদি শেলতনা ফাগদবনি। লুপা লিশিং ১।২দং—দোক—কদাইদনো শোইগদবা, মাহুগী থবক্তি (কেতুকীদা) অসোম্বা সিল্লবদি লাইরে।

হেরা। অহু ওইরগা শে, লুপা ৫০০্ এডভান্স।

(লুপা লাহোকপা, লৈখম্বা কেতুকীদা ইঙ্গিৎ তোহুনা লোকনবা)

কেতুকী। (লৌনা লৌনা) হোই, লুপানা লংজিল ওইরবদি থবক্কীদি য়াম্বা লাইরে।

হেরা। অহুদি ঐ সুংঙাইজরগেকো।

কেতুকী। সুংঙাইবতা নত্তে, য়ুমকৈ শেম্বীবা হৌবিরো—অহুদি ঐ চৎচরগেনে?

লৈখম। য়ুমলোমদা হল্লগদবা নত্রা?

কেতুকী। মানি হোই।

লৈখম। অতদি ঐসু থবক অমা অদোমদা চৎচগদবা লৈ, চৎমিন্নরসি, হেরা বাবু।

(মিৎনা চৎলগে ইঙ্গিৎ তোবা)

(লৈখম, কেতুকী মাইকৈ অমদা—হেরানা মাইকৈ অমদা থোকখিবা।

---

## তশুবা উংপা

(ভূবন বাবুগী ইমুং কা অমদা চান্দনী চিয়ার অমদা ফমহুনা বাখল তৌরি. তরুণী চংলকতুনা)

তরুণী। ইচেম্মা! পাবুংস্থ হুজিক ফাওবা লেংঙকত্রি ইমাগু চাখিবোই হাই, ঐদি 'স্থম তৌবসি ওম্মোল্লা হৈনখিত্রে কমদৌসিগে?

চান্দনী। য়াত্রবদি হাইরুবস্থ। তৌকও।

তরুণী। এঃ ইচেম্মা য়েংঙোই।

চান্দনী। কৈনো?

তরুণী। স্থম, তোল্লগে।

চান্দনী। স্থংশিদ্রেদা, নং ঐঙোন্দা য়া অমত্তং ঙাংঙকউ থংনি।

তরুণী। হাইনিংবদি পুক আস গুরু গুরু খোংলবনি, অত্থদা—!

(নোকপা)

চান্দনী। য়ারেম নত্তে স্বাইদা ঙাংবিরস্থ-তানিংত্রে!

তরুণী। য়ারেম নত্তে অওইবনে।

চান্দনী। অত্থ ওইরবস্থ তানিংত্রে তৌকও।

তরুণী। তানিংত্রবদি হাইবা তারে, য়েংঙোই—।

চান্দনী। ঐদি তারোই নথস্তা ঙাংজৌ।

(মখুৎমা মনা য়েনবা)

তরুণী। সিবি, নহাল কাইনাদা মচিং হোৎহল্লবা মীদো—।

চান্দনী। ঐনা ঙাংগস্থ হায়রগা (মনা পাইহুনা চিংবা) ঙাংখোদনা নচিন অদো ঙাংঙুনে।

তরুণী। এঃ এঃ, লায়ে, লায়ে ভাংজররোই, ঐ ইথস্তা খঙবনে ইচেম্মগা মাগা লৈমিন্নরবদি— ।

( রজনী ভাংনা ভাংনা চংঙকপা )

রজনী। ইচাশা নখোইসিদি ওন্থোকপা হাইবহ্ ওইরে, ঐনা উবদা নখোই অমিমক মী ওইগদবা অমত্তা য়াওত্রে।

চান্দনী। কৈদৌরবগে ইমা ?

রজনী। ঙসাইদগী ইমুং অসি মখোং মরম থংনত্রে হাইবা নখোইশু থংদ্রুনা, লৈরে, অসুক চাইনা চাকশং অসিবু অসুম্না থম্বা হৌনরা ? কোললৌকশিং অসিশু খিৎ মরুম থুপপা অমদা য়েংহনা থরা ভাশিন খোমজিননা থম্বা হৌনৈ, তুম্বা হাইবাসিদি শিবগা মান্নরিবনি, করিগুম্বা হুরান চিম্বি অমা চংঙকলবদবু করি ওইগদগে ? যুম্বাল লোল হাইবাসাদ তুরেল লৈঙোইদগী হেন্না কুপপী হাইবহ্ থক লানবা নগে লৈত্রবাদ মরোই মকা অমা ফাওবা খিকম থংদবা খুমৎ লাকপান, ঙসি চারগা লোইবা নত্তে, শিত্রিব ফাওবা চাগদবান, শেংকদবনি, মসি থক কাওগম্বু মুপীবুনিনে যুম কৌনরিবসি। মুপীনা মখোং চাত্রবদা যুম্বাল মখোং চাবা হৌনদবনিনে হাই। থুম মচেৎ মকাও, মখোল মতক মরাং অসি মচি অমদা পুনশিন্দুনা থর়বদি ভান চাংঙ খুমৎ অমদা নোংমতশু চরা নোংখম্নগনি। কনাগুম্বী মরম থংবী মুপীনা চফ় ইরান অমাংবা ফাও মকম চানা থমজিন্নে, মৈহৌ লাংপোক মত্তম অমদা মাগী কান্নবা লাকই, পোৎশু মাংহনবা

হৌনবরা। ঐনা নিতিগী অশুম ভাংনা ভাংনা নখোইনা মহে’ঙকই কমদোসিগে ঐবো। নত্তে নখোই অনিমক লেপ্তুনা লৈরম্ভু পোৎ-চৈশিং অসি লোইশিল্লখো লাও।
(চংখিবা)

তরুণী। কপপগা নোকপগা মচিন মনাওনি লাকপিরো লাকপি-রো। (চংখিবা)

(মপালদগী মঙ্গল থোং খিঙ্গুনা)

মঙ্গল। কনা লৈ? থোং হাংদোকউ!

(চান্দনীনা কনানো হাইনা ঙাইহাক খরপা)

করিগী থোং লোঙ্গিবনো, ঙসি য়ুম অসি মৈ থাররনি।

(চান্দনীনা থোং হাংদোকতুনা মঙ্গল চংলকপা)

করিগীনো হৌজিক থোং লোঙ্গিবদি? কনানা লোঙ্গু হাই, খুম্মুনে নচিল অহু, খুম্মুনহাই।

চান্দনী। কনাসু হাইদে।

মঙ্গল। হাইরবদি করিগী ননা পংনবা থাজিনগে, নং ঐবু থংজ্রা।

চান্দনী। সুংশিৎনা য়াদহুনা।

মঙ্গল মচিনগাসু খিরিনে ঙাইখো, ঐ লাক্লগা থোং লোনশিল্লু হাইবা মীগ্ব কনানো তাকউনহাই, নচিল অহু শুগাইয়ুম্ন নং—নথল্লাই অহু লৌথোকপা ঙম্বা মীনি থংজ্রা নং – চৎলু ঐগী চাক ‘সিদা পুরকউ! (চান্দনী কিনা চৎখিবা)

চান্দনী। (মঙ্গুংদা) তরুণী নফি হোংদোক্লকউ চফুদগী চাক থরা খিরো লাও।

রজনী। করিনো ইচাশা মনা মনিন ওম্মোক্লা নাইরেদকো

(খোয়কতুনা) তারিবয়া মুপীমচা ইমানা য়াইরম্বা ঙাশিং অহুদগী থয়া কগদবা অমা য়েংহুনা নংগী কাকা মচাগী নংম্নবা হাম্না উৎমৈ অহুদ, অমুক্কা ফুমজিল্লু।

মঙ্গল। (শাওনা) ঐগী চাক চফুদা থনাম্মবদি করিগীনো।

রজনী। নংনা খেংনা লাক্লবদি ইংথিত্র; হাইহুনা থনম্বনি।

মঙ্গল। অহুবু করিগীনো য়াম্না অহৈ-অপা শারিবাসিবো হল্লকনিংলগা হল্লকনি হল্লকনি'ত্রগা তোকনি, নথোরা?

রজনী। করিনোদা অহুম হাইবা হোনদে, মুপীমচা নংগী কাকা মচাগী চাকচা ফিদাকাহু সোমদা পুরকওদনা নথোই অসি মতম থংখিত্রেদা!

(চান্দনী, তরুণী অনিমক চাক উবিং চাকচা ফিদানচিংবা পুরকতুনা মকম চানা চানা নিংথিম্না থাবা, চাক চাবগী লেবা তৌনবা থোরাং তৌবা)

লাকও! লাকও! চাথোকলরো।

মঙ্গল। হাই চান্দনী চাক অসি খোংবান্দ হৈদোকউ চংলু—

রজনী। করি তৌরবগে? (মঙ্গল শাওনা চান্দনীদা য়েংলগা)

মঙ্গল। ঐনা হাইরগা করিগী লম হেল্লি নথরাই মাংনিংবরা নং!

(থুত্তাইম্না থাগে তৌবা)

চান্দনী। ইমা! (মথাগী মকমদা নৈশিনব')

রজনী। ঙাইথো, করিনোনে—নংনা শাওরিবসিবু করিগীনো অহলনি মনিং থুংদবগী তামোচৌবনা হাইবা রাবু নংনা শাওবা হোনবরা? নংনা মতম থঙ্গিক্তুং চাদনা হঞ্জিল্লক-

পদা মহৈ মহৈ রানরিবনি। ঙসাইদগী ইমুং অসি মথক মথ: গুন্দনা ফামোচোৎস্ চাখিত্রি, ঐস্থ নংবু ঙাইরিবনি, হরাও হর.ও হেক চাথোকউদনা।

মঙ্গল। চাংনিক্রেনে ঐদি—ফরেদনা সে। (চাক হৈরোকপা)

রজনী। ইহে ওংস্নোকপনিদ', ফবে ফরে চানিংক্রবদি মুপীমচা অসি লোইশিন্নসে। (মঙ্গল অমং তম্বা চংলি)

মঙ্গল। লুপা থরা পিয়ু।

রজনী। করিগীনো ?

মঙ্গল। পীগে পীরোইদম: হাইয়ু মরোল হংক্রবস্থ।

রজনী। কয়া য়াম্বা লুপানোনে ?

মঙ্গল। ৫০, পীয়ু।

রজনী। হুজিক্তি য়ুংদা ওইরে, হয়েং অযুক লো—।

মঙ্গল। হুম্ অতুদা থংগে তৌব'ন, হৌজক্তি ঐ নখোইগী নবুকচেল লেনন থংলে। (মৈথেং মরু অমা উৎতুনা) মসিমনা লোইগদবা'ন থংক্রিমাল্লে (শাওনা চংখিবা)

তরুণী। যু থক্লকপ্রা করিনো ঐদি ওস্থ ক্ল কিজন্ত্রে।

রজনী। তুমিন লৈয়ু, তুমিন লৈয়ু, অতুগুম্বা রা ঙাংবা হৌনদে। (মতম তুং শ্যাম চংলকপা) কনানো ? এঃ ইবুংঙো। নংগী পাবুংদি ? তরুণী, নং তাদগী ফিদা অমা খাবিয়ুদনা।

শ্যাম। ননাই ঐ ফমঙ্কররোই।

রজনী। কৈদোরে হাইয়ু।

শ্যাম। ঙসাই—ঙারিয়ানগী অহানবা কোনাদা থুড়া ইবুঙোগী গাড়ী অতু একসিডেণ্ট থোক্লনা—।

রজনী। হাঃ।

শ্যাম। সুংশা থিবিমু—করিসু থোইদোকপা তৌদে। ডাক্তরদা হৌজিক ডাইহাক্তং লেংননবা— ।

রজনী। তরুণী। তরুণী! নংগী তা কালাখোইছু হৌদোকলগা থরা থারকউ, চৎসি ইবুংঙো, ঐ—অসুম হেক্তা চৎলগে।

( শ্যাম রজনী চৎথি )

তরুণী। ইচেম্মা! তারব্রা! তা-কালাছু হৌদোকপা তাত্রবদি মমাইদা ঈশিং বালটি অমা হৈজিল্লু। ( চংথিবা ) ( ঙমুংদা ) হৌগৎলো নহাই তস্।

( তরুণীনা কালাবু ইন-ইন্দুনা পুথোক্লকপা )

মমাইদা ইশিং হৈজিল্লবা ফাওবা নাখোক্তুনা তুম্বা ঙম্বা মীসিবু করম্বা মীনোনে।

কালা। তুমনিংঙবুদি-ইঙাও-ঙাওশিন্নতনা মীনা মং মুংঙাইনা মংলিঙৈদা—হৌজিকপু নোং ঙাম্লবরা ?

তরুণী। মসি ঙসি য়েংঙোই—রা হাইগে তাওনে, ঐখোই পাবুংদা গাড়ী একসিডেণ্ট ওইদুনা ডাক্তরদা লৈহোরে হাই।

কালা। হাঃ অওইবরা ?

তরুণী। মানি, ইমাখোই লোইনা চেন্নখরে নংসু চৎলু।

কালা। ইস্ বিষ্ণু বিষ্ণু, ঐদি মাংজরেদনা পাবুং পাবুং

( কপপা )

তরুণী। কপথিমু শিরে হাইবা নত্তে।

কালা। ঙসাইনা শিরম্মনি।

তরুণী। করিগী ?

কালা। হৱাগাড়ীনা তকপা মীবু হি'বা হৌনব্রা ?

তরুণী। অহুবু আঃ য়েৌরগা থংগনি চৎলো।

কালা। অমুক মম্বদবু—ইথমতা চৎপদি কি।

তরুণী। বুহু—অত-তাই থোক্লগা 'কবা হৌনব্রা ?

কালা। কিত্রগা নং হেক চৎলু।

তরুণী। মসিগী নিপা অসিগা রা ঙাংনবদি সত্য ঐদি হেক শিনিংঙি চৎসি লাকওনে, অহুগা হো ইচেম্মা কনা'মতা লৈহৌত্রে, ঐ চৎলে। ( কালা তরুণী কিংনা কিংনা চেনখিবা )

---

৪শুবা উৎপা

## কেতুকীগী ইমুং

( লৈথম মুংঙ:ইনা কপ্পি কেতুকীনা ইশৈ শকুমই, লৈথমা ফুরিংথাওবগী মোচ মপুল অমা উর্দি )

### ইশৈ

মুংশিবা নংবু কম্নিপুকচেন কৌবগে।
মুংশিনপাও শেংদনা করিগী শমাই লৈবগে॥
মুংশি শক্তম উবদা থমোইমুংদা চাকলিবা।
পাম্মু মুংশি মৈচাকসে উবিত্রবরা শকহেনবা॥
য়েংজগে পেমা মুংশি মাইথোংদো।
পাথং শমাই লৈখ্রবদি মুবা হাৎপা পাপতুবু
পুগনিকো মুংশিবা॥

নিপামচা। (চংলকপা) ইচেম্মা ওয়িদৈদা চুরুট পানাকক্তা থরা লৈহৌগদ্রা ?

কেতুকী। লৈত্রগা থরা লৈহৌরুদনা।

নিপামচা। থরদি লৈরি হাইববু ওকনি থাজদ্রে !

লৈখম। লৌরুরস্নু তোকও ! ইশৈহুম অমা অমুক হৌরো, ফুর্টি লৈবা ইশৈ তাসি।

কেতুকী। ঐবুদি নোঙান ফাওবা শকচগে ভাবুকপু ওম্বিগদরা ?

লৈখম। লৈখমবো।

কেতুকী। হোই—পুংবু কয়া তাববগে ?

লৈখম। পুংগী মথৌ লৈতে, হৌহুম হৌরোনে।

কেতুকী। ইমুংগী মতম কাইদনবা ওসিগীদি অম্নুৱাইদা অম্নুম পোথারসি লেংঙো।

লৈখম। মীনা য়াম্না চৎহল নিংলবদি চৎলরোইয়ে -ঐ ঙাইহাক্তং পোথাখিবা তারে। ( কমুংদ: কাখৎতুনা হিপত্রে )

কেতুকী। মীনা ঙাওই হাইরগা হয়াওবসি কত্তবনিদা লৈখম বাবু। মশাভগী য়েংবা মীনা তুংগী থোংথাং উগন্দে। কনা হক্লোইনদহুনস্নু মীগী কমুংদা কোক কাহুনা হিপপা হাইবসি কনা লুবা য়াকম অমনি, থংবিত্রবস্নু হাইজগে। লৈকাইগী ইবুং ইপুরা অমনা উথ্রগা করি থনখিনি মাথোইনা, মপামদা লৈবী নিংঙোলনা মবুং মপুরাগী মমাই য়েংদন, চৎপদি মশাগী অয়ানবনি, তান চাত্রবদি বাবুস্নু য়াহৈ অশাবা তায়বা য়াই।

মৈথম। ইশা ইশাবু য়ানরবদি লৈকাইগী মথৌ লৈতে।

কেতুকী। রাহৈ অহ্ লায়ে চুমথোকপীবনা কৈ।

লৈথম। অহ্দি ঐনা খল্লুরিবা অসি লানবা তারবরা?

কেতুকী। হৌজিকমক্তি লাল্লি।

লৈথম। অচুম্বা মতমদি।

কেতুকী। ঐনা হাইজরকনি।

লৈথম। সত্য দায় য়ান্নেদা!

লৈথম। ঐবু থাজত্রবদি পাপ পুজান।

(রকোক পাইরুনা থোকথিবা, নিপামচাম্ চংলকপা)

নিপামচা। ইচেম্মা চংগ্রবরা। ইস্ মাগী নোটশিংছ্ য়ামগ্রেদা ইশৈ ফজবা ১।২ দং শকথবদা ইচেম্মনা লোইনা লৌ-হৌগদবনিদো!

কেতুকী। করিগীনো নংনা পৈশা উরগা ভাওরিবসিবো।

নিপামচা। পৈশা উবদা পামদবা কনা লৈ।

কেতুকী। অপংবাশং অসিনা পাইজরিবা পৈশাশিং অসিদি ঐনা লোইনা লৌনিংবা মুম্বিংতা মকু হুবা মথৈ লৌগদবনি, চংলো তুম্মুরো চংলো। য়েঙ্ঙোই য়া অমগা হাইখিগে তাও নং তামোদো বি-এ পরিক্ষা লোইরে হাইনা চিঠি পিরক্লে। মা লাক্লগা নথোই অনি য়ুম অসিদা লৈহৌ-রগবনি। ঐদি মচি অমদা পুন্সি অসি লেলগ্রগনি। মাদং মা ওইহৌনবা হায়রুনা ইশাশি মাংহলগ্রবনি। পৈশা পাম্বদগী মাংহনবা নত্তে থংবরা।

নিপামচা। হয়েং ঐগী হাইবদো থরা লৈবিয়ুকো।

কেতুকী। হোই লৈবিগে চংলো!

( নিপামচা চংগ্রে, কেতুকীনা কমুংগী কিথোল শেমজিল্লি, মঙ্গল বা অমতা ঙাংদনা চংলকলগা কমুং অহুনা কায়না হিপগ্রে, অহুগা অমুক হৌগৎতুনা চৎকে থৌই )

লেংগদৌরব্রা ! য়াত্রি ।

মঙ্গল। করিগীনো ?

কেতুকী। ব্রা নৈরি ।

মঙ্গল। হাইরো ।

কেতুকী। লেংঙো—হাইজররোই, মথীক নেম্বনা খা লাম্বা হাইবত্থু অসি ওইরে, মসি কনাগীসু দোষ নত্তে, রাখল নৈজহৌদবী, রাখল থেনবী ঐগী অরানবনি, তমথিনা সুংশি হৈত্রবা সুংশিবা হাইবা তীল অহুনা চিকপ্রবা মী অহুদি মশাগা কোয়নবা মাংজবা মশানা তাজবনি ।

মঙ্গল। হিগাই রানা হায়া মাং থারিবসিবু করি হাইরিবনো ? ঙাইখো—ঙাস নংনা হুজিক কাওবা থোং লোনশিল্লমন্নিবা অসি করিগীনো ?

কেতুকী। লাম্নবা মীদা মরাল থিবদি ফংঙোইয়ে যুমদা লেং-শিনগ্রে তাজহুনা ঙাইজরমইবনি ।

মঙ্গল। অহুদি ঐ ঙাইহাক্কা পোৎথাগে তুমিন নৈরো ।

( কমুং কায়না হিপপা )

কেতুকী। হৌজিকপুদি ঐখোইনা হাইজববুদি কদাইদগী তানিংকম থোক্লগদগে ।

মঙ্গল। হোই তাজনিংগ্রে তোকও ।

কেতুকী। তানিংত্রগা না-মেনশিনবিয়ু—হাইবা ইঙ্গবী পুকনিংবু ইভোমতা চৈজরিবনি, অদুক লেংনিংদনা ভঙাই ফদব-দোনা লেংঙকদোবগী শরুকপুদি অহল লম্মনগী য়াখং অদুম মইনবিয়ু, ঐ করিমতা হাইজরোই—পুকনিংগা চিনগবু ওম্মোক্না মায়খিত্রেনে।

মঙ্গল। তুম্বা য়াত্রে তুমিন লৈয়ুনহাই, লেপপা হৈতবা নচিন অদু শুগাইয়ুরা নং?

কেতুকী। ঐসু য়ায়া খংবা হুপীনি, পুকনিং অসি ওম্মোক্না পেনখিদরে হন্দকী থবক অসি, অফবা মীশকপু ওইরবদি ঐখোইনা হেন্না থয়াই য়াওনা হোৎনজগদবনি। নিপা লৈতদুনা ময়ুম পাম্রিবা হুপীবু—মাইদা—ঐ মীয়া ভাংবা তল্লি।

মঙ্গল। লেপপা য়াদে ভাংখোনে।

কেতুকী। নত্তে ঐবু মওং কমদোনা থম্মীদোয়িবনো? থুম্বিদবদি তৌবিস্থু, অওই অওইব। হেক্তো তাকশিয়ু।

মঙ্গল। চিন্না হাইত্রবশু থবক্না উৎতুনা লৈরি; মসিদগী করিমুক হাইখো হাইবগে।

কেতুকী। লাইরেলদি মগুণ ভাক্না চৎপদগী অচৌ-পীশক নাইদনা লফুৎ কাই—মীওইবদি লৈতোম্দা শরু পাম্দে—ঐনা হংজরিবসি হুংগী রানি।

মঙ্গল। ইচেলদা ইরোইববু কনানা মপা লাক্কনি।

কেতুকী। ফরে অদু ওইরবদি চুম মচেৎ ১।২ দং লংখৎতুনা

ছুইতালানি হাইদুনা উয়োক লাং থাকপগুম খম্বিরিবা অসি শিদোকপিরো।

মঙ্গল। মরমদি ?

কেতুকী। মীগী মমাংদা য়াম্না ইকাইজরে ঐ।

মঙ্গল। পৈশা লৈতহুনা লোইত্রিবনি।

কেতুকী। পৈশাগী ৱাদি ঙাংবিমু তাজনিংদে—খংবিত্রা করিনো—পোকমিন্নদবা ময়াম্বনা মনাওবু করি মুংশিকম লৈ, কনা মুংঙাই য়াইকবা মচা-মগুমু ওইসমু মখুৎতা পৈশাবু পাইরবদি অয়ুক্তা থোকপা থানি। নিঙোল ওইরবমু মচামুপী অমা লৈরিবনিনা, ইমুং অহুদগী পৈশা অমা কাওবা শোকলবা য়ারোই।. অহু অদাগী মতম লৈত্রবনি চান্দনী ময়ুম পান্দ্রি মপোকসিমগী অমুক য়েংলরোইদবা মকম য়েংহুনা থাদোকপিখো, নত্রবদি ইবুংঙোগী নিংলিবা অহু কৈদৌঙৈদমু থুংঙরোইদবনি, হৌজিকমু ইবুংঙোগী ইঙ্গিৎ থিত্তুং কংলবদি মাগুম্বা মুপী অমা থাদোকখিবদি কৈমু লৈত্তে, হেরা বাবুনা লুপা কয়ানো কৎচগে ইবুংঙোদা অয়ুক্তা হাইবিয়ু—ঙসাইদমু হাইরমই, ৱারগা পোথাবিরোনেসে। ( মঙ্গল বাখল খন্না খন্না হিপথৈ )

( মপালদগী শ্যামনা থোং নমহুনা )

শ্যাম। চেপ্পবয়া ? থোং অসি অমুক্তা।

কেতুকী। কনানো ?

শ্যাম। তাইবুংঙোবু ?

মঙ্গল। থোং হাংঙু। (কেতুকীনা থোং হাংহনা তুং-থ—মাংথ করিনো? চংঙকপা)

শ্যাম। ইদোল ইবেম্মনা, তাইবুঙোবু হৌজিক লাও হাইনা, তাবিত্রিবরা খুড়াইবুঙোহু ঙসি—।

মঙ্গল। উম তারে—ঐ লাকওই হাইয়ু।

শ্যাম। অহুবু তাইবুংঙো, খুড়া ইবুঙোগী ফিভম অসি—য়ারবদি ঙাইহাক্তং লেংবনা কৈদকো।

কেতুকী। হোই কৌররবদি ঙাইহাক্তং অহক চৎলুবনা ফদো-মাল্লে, তাত্রবদি তাত্রে—কৌররবা মক্তদা হাইখিনি, ঐদি কীজক্লে, পুন্নমক ঐনা থোকহল্লিবনি হেক্তা হাইগদবনি।

মঙ্গল। ডাক্তর লৈহৌবরা?

শ্যাম। অহোয়।

মঙ্গল। ওম্বোক্লা তনগ্রেদা—শিগে হাইরগা হেক শিগ্রো হাইবা—চৎসি চৎলু—।

(অনিমক থোকখিবা)

কেতুকী। ময়াম্বসি শিরবদি—।



৩বা অঙ্ক

১বা উৎপা

## লৈকোল

( ভুবন বাবুগী ইংখোল মহুৎদা লৈবা লৈকোলনি তরুণী রাহুক্তা ঈশৈ ঙংলগা লৈ হেকতুনা লৈরমই, শ্যাম চংলকই )

তরুণী। এঃ ডাক্তর লাকলমই, হংলম্মি !

শ্যাম। কয়া কুইরে চৎখিবা ?

তরুণী। ঙাইহাক ওইখ্রে—থবক য়াম্না চিনথ্রমাম্লে হাইরমই।

শ্যাম। করি তৌরিবা নংদি

তরুণী। রাখলদা খন্দুনা লৈবা হৈনত্রবুনা ইথম্বা হুংঙাইবা তমলিবনি। হুয় খাঙ্গ্রিমাম্লে নোকইসিবো অওইবনি।

শ্যাম। করি রাখলদনো নংনা হৈনত্রিবো ?

তরুণী। অহুবু—মঙান্দা মমি তাবগুম খল্লুহু য়াত্রবা হিংচাবী অমনা খম্মোইদা নৈবীহুনা লমজাও লমহাং অমদা লম্মুকনরে। মসিদা হৈনগদবা কনানো ?

( শ্যাম নোকখেং তৌরম্লগা চৎকে তোঁখা )

ঙাইখোংও !

শ্যাম। করিগীনো ?

তরুণী। ( মখুৎনা পাইরবা লৈহু শ্যামদা পীরগা ) অসি চিন্নু পকচনি।

শ্যাম। ( লৈ'হু লোৱগা ) ঐদি লৈ চিনবা হৈনদে—নং চিন্নু।

( তরুণীগী মনাদা লৈ থেৎচিল্লে, খংজিক য়েংলগা ) লৈবুদি নংনা হেম্না ফজে।

( শ্যাম নোকখেৎ ভোনা চৎখি, তরুণী য়েংহুন। লৈহৌই, অনিগী মতৌ য়েংলগা চান্দনী ঊরগা খাওরগ ভোমা তরুণী কৌরকপা। )

চান্দনী। তরুণী!

তরুণী। ইচেম্মা।

চান্দনী। কৈদৌরিবনো নং?

তরুণী। ঐবো, লৈরাং খোইমু অনিগী বিচার তৌবমলিবা।

চান্দনী। নখোস্নু নত্তুনা।

তরুণী। করিনো মীগী য়াকৎপু তাদবা য়াত্রা?

চান্দনী। হৈবিরেদা চিস্থিবিসে।

তরুণী। চিস্থিবা নত্তে অওইবনি, খোইমুনা মশা পানবনা লৈরাংগী মমাংদা লেম্নবগুম ঙংবিরুই, খোইমু মতৌ ঊবদা লৈরাংনা মাইথোং মকা লামনা খোইরম নোকপা তমজরুই, লৈশক খন্দবা মহাক্না লৈবাং মপাও হংবদা পুকচেল তিংজরবী লৈরাংনা পুন্সি লৈপুম্নি খল্লুরে, মসি কনাগী মরাম্নো? খন্দবা য়ারিবা য়াকমলা?

চান্দনী। অছু ওইরে। ( কেতুকী চংলকপা )

কেতুকী। অহিং ইচিক হুল্লগা ইংনা মঙাল করবী শজিক থবানদৌগুম শিঙেল লৈখোক অমদা লৈরাং তুকাং শাংপদি মালং পাওজেল ওইরবা খোইমু মপাও ঙাইবরা?

চান্দনী। ইচেগী প্রমাণ অসিদি ওম্মোক্না কজখ্রেদা।

কেতুকী। ইনাও অনিদা অমুক্তং হাইগে হাংছুনা ইচেস্নু থনবা তুইরে। ইনাও তরুণীবু য়াম্না মুংঙাইতনা ঊই কৈদৌ-রবগে?

তরুণী। শক্তানা ওইরিনি ইচে! চৎসি লাকও ইচেম্মা! ( চৎখিবা )

কেতুকী। ঙাইখো ইবেম্মা ইচে ন্না অমতা হংখিগে।

চান্দনী। করি ওইরবনো ঙাকপিয়ু ইচে।

কেতুকী। পাবুংবু ন্নাখল খরা চোইবগুম তৌরে হাইববু চুম্বরা!

চান্দনী। হোই ইচে।

কেতুকী। ঐদি ঙাবদা ওম্মোক্লা মুংঙাইখিগ্রেবো, পাবুংগী লানবা শঙোম খিত্তা পুরক্কে তৌবনি অহবু শল মচাহু নাম্মোক-লমহুনা— ।

চান্দনী। করে ইচে। ইহে ঐদি মহৌশা কৌব মীঙ্গৌনিনা হোংবা ঙমগ্রে শাওমু।

কেতুকী। চৎলোদা—নখোই য়াওনা হেক। উম, চুম্মিদনা মীনা হাইনবা।

চান্দনী। করি হাইনরবগে ইচে।

কেতুকী। নং অসি শকলোন পুহ য়েংঙিবা মখে পেন্দে কারিগুম্বা অমদি শোইদনা হৈরমগনি

চান্দনী। মাহয়োক ন্নাদি অসিদা নত্তে য়াম্না ফর-ফরবা। ৈলজরি, ইচেখোইমু পাম্বিববদি হংবয়ু—ঙাকচগে, অতুগীরা ইচেন লেংলকইববো!

কেতুকী। দায় য়াত্রেদা সত্য। ঐ নখোই কাকাদা পাও অমত্তা হাহগে হাইহুনা লাকপানি লৈব্রা?

চান্দনী। লৈতে চৎথোকখ্রমাক্লে। ( হেরা চংলকপা )

কেতুকী। এঃ হেরা বাবু—কদোমদা লেংদোরিবনো?

হেরা। ঐ মঙ্গল বাবু অমুক্তা উন্নজগে হাইহুনা—মঙ্গল বাবুবু
লৈরা ?

চান্দনী। লৈতে ! ( চংকে তৌবা )

হেরা। লেংশিনগদৌরিব্রা ? রা অমত্তা হাইজখিগে।

চান্দনী। করি তাকপিগদবা ?

কেতুকী। অহুদি ইবেম্মা ইচেসু হল্লগে।

( হেরানা ইজিৎ তৌরগা থোকখিবা )

চান্দনী। ফনি ইচে লেংঙো !

হেরা। শক মফজগা পুকচেল ওস্থোক্লা কজখিস্ত্রেদা।

চান্দনী। ঐ ভাব তাজস্ত্রে—করম্বা রাফম ওৎরবনো ?

হেরা। নহাল নোংমা ঐনা চিঠী অমা পোষ্টতা থাজখিবা অহুগী
মরোল অমতা ঙসি ফাওবা খংহনবিবক্তবা অসিবু
করিননো ?

চান্দনী। ও ! ঐঙোন্দা মিং ঠীকানা য়াওদবা চিঠি অমা থুংলৈ
পুকচেল চাওবা কনানা থাবকপা ওইরমগদগে খঞ্জরম-
লিবনি অহুবু ঙসিদি তশেংনা খংজবা মুংঙাইজরে।

হেরা। ( বোকতুনা ) হোই ঐসু মাহুনা করগদমাল্লে খঞ্জহুনা
—মীঙোন্দা রা থংবা হাইবসি কান্নদেদা, ঙসিদি পুকনিংগী
রা অমতং।

চান্দনী। হেরা বাবু—ময়েক্তা লৈবা লাইব্রিরা কোম্না তন্নবসু
এতিকেটনা হান্না খংবা দরকারনি। মীওইবগী মুপী
মুপা ওইবনা মফম মতম চাদনা লৈরম্বদা কনাগুম্বনা
উরগা ফওবা রাখন্দা পুনখি। মসিবু ইশা ইশানা

পুকচেল মাংনরমক্রবদি কনানসু খনবিরমলোইদবনি, ঐগীসু ইপা, ইমা লৈজরি, বাবুগীসু অহল লম্মনগী রানা ফনিদা।

হেরা। অহল লম্মনগী রানা কোম্না—ঐনা হাইজরিবসিনা পুকনিংগী রানি।

চান্দনী। ঐসু লোইনা ভাব তাজরে মখা অমুক তাবিজ্রবসু য়ারনি। (শাওনা চৎখিবা)

(হেরা ডাইহাক বাখল খল্লম্নগা মখা চিকতুনা চৎখি, তরুণীনা মথবাই হয়াওনা ইশৈ শকতুনা চংলকপা)

ইশৈ

লাংবল খোইমু খোম্নোবা

মালং খোংদোই হুম্রকপা

লৈরাং মপাও-ফংবরা মাগজ নপাও শেংলম্মু।

খোইমু নপাও ফংদনা

লৈরাং লৈখোক লোইবদি মালং খোংদোই ইনবরা।

পোমজারবী লৈরাংবু

খোইমুনা লৈখোংসংবদি লৈরাং লৈমন চম্নবা

থৌরাংব খোনৌবা।

(ইশৈ লোইরমদাইদা মঙল চংলকতুনা লোম্না যেংবা—তরুণীগী মথং মতোদা অমহৎপা, তরুণীগী মনাক্তা চংগে তৌবদা কালা চংলকলগা লোৎপা)

কালা। তরুণী !

তরুণী। করিনো ?

কালা। আঃ সিবি য়েংঙোই।

তরুণী। নমাই থকহু ঐদি য়াম্না খিনা হাইদৌনি খংজো।

কালা। ঐদি থক্তে পাবুংগী ফাম্নবা লৈরুরিবনে, নং শাওরিব্রা?

তরুণী। করিনো নং পাইরিবদো!

কালা। তুমিন লৈয়ু য়ু-নিনে।

তরুণী। হাইমা—নং য়ু থক্লবা। হুম নমথিব্রে, ওক্-ওক্ হদোকখ্রো চৎলোনে, নং ইমাদা তাকদবনি ঐদি।

কালা। হাই পাবুংগী কাকা মচানা ডাক্তরদা হংবদা অসি পিথরুবদি করি হাইহুনা লৈরুবনি। ইমাদদি তাকউনি হাই, কাকা মচানা ফুহুনা শিজনি, ইমা লৈহৌবরা?

( কালা চৎখিবা )

তরুণী। করিনোনে হাইরিবা অসিবু। ( মঙ্গল চংলকপা )

মঙ্গল। তরুণী লাও ব্রা হাইগে।

তরুণী। করি হাইবগে কাকা! ( চংশিন্নকপা )

মঙ্গল। য়েংঙোই! আঃ—সে—সি লোকো।

( মখুৎতগী খুদোপ লৌথোকতুনা পীবা )

নং ঐনা হাইবা ইন্নবদি নপুক্সি চুপনা মুংঙাইনা লৈহনগনি লাও। ( মখুজেং পাইহুনা চিংবা )

তরুণী। লৌজরোই! কনাসু লৈতে শুম হেক্তা তাকপিয়ু কাকা।

মঙ্গল। পাইশিন্নুনে হাই খুদোপ অসে।

তরুণী। পামজদে ঐ, সে থাদেকউ সেমি— ( ইথোকপা )

মঙ্গল। থাদোকওই তুমিন লৈয়ু নং ঙসিদি।

তরুণী। হাইবীরসু—সে থাদোকপিরো কাকা।

মঙ্গল। তুমিন লৈয়ু—হাইরগা করিগী লম হেল্লি, নং ঐনা হাইবা ইন্দ্রবদি ঙসিদগী য়ুম অসিদা লৈহল্লোইদবনি।

তরুণী। লৈজরোই, সেমি ডাকু মীহাৎপা! (মথাইদা ভিন শিৎপা) হোঃ—।

মঙ্গল। খবরদার—। (খুবাক্কা থাবগা চিংবা,

তরুণী। হো লৈকাই লৈকাইশা মী হাৎলে হাৎলে।

মঙ্গল। (মখোয়া যেৎপা) লাও! লাও।

(শ্যাম চংলকপা, উবা)

শ্যাম। করিনো? ইস্ বিষ্ণু বিষ্ণু।

মঙ্গল। কনানো? শ্যাম।

শ্যাম। তাইবুংঙো।

মঙ্গল। চৎলো নং।

শ্যাম। তাইবুংঙো ঙসিদি হাইবা ইন্দ্রে হাইদুনা ননাওবু রা-রৌবিগনু।

মঙ্গল। (শ্যামগী মনাক্তা চংদুনা) মরমদি?

শ্যাম। হাইজরিবা অসিনি। চৎলু।

(তরুণাবু ইন্দুনা পুখিনখিবা মঙ্গল খাওনা মখা চিকতুনা লৈহোই)

---

## ২বা উৎপা

## ভুবন বাবুবু ফাঁজিন্দুনা থম্বা কা

( কল্লাংদা সিনবি ফজবা লাই থম্বা থেৎলি, ভুবন কঙৎ কম্বা চৎতুনা কোইয়েং য়েংলি )

ভুবন। ফজৈ ! ফজৈ, মথোংদগী মতোন ফাওবা থারবা কুয়োম্বা অমত্তা ওইনা য়োমশিল্লি, কল্লবা মউ অসিদগী থাজত্রবা নোৌরবা ময়োল, ফজরবা মপাল, নিংথিরবা মহৈ, অঙকপনি, হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ ( টেবল মথক্তা থমলিবা হিদাক লিকজিদা য়েংলগা )

হিদাক ! হিদাক। হাঃ হাঃ হাঃ।

( য়াওরমদবা লিকলিদা য়েংবা, লিকলি অতু অমূক থাজৎতুনা মথূবাক্তা হৈথক্লনা য়েংবা অতুদগী নিংবা কাইত্লনা লিকলি থাদথিবা কমুদ্দা ভুয়োই ভামলোই চংতুনা মথোং য়াম্বতুনা কবা, যিং তত্রংবা য়েংবা ) ( রজনী, তরুণী চংলকপা )

রজনী। সুপীমচা, করিমতা চিংনম্বু, ইমানা হাইরিবসি নংগী ফননবগী দমক্তনি। নংগী করিমতা রাৎতনবা ইমানা শোইদনা শিনগনি, মতম থরদংদনি, ঐস্রু নংগী বাজী যাত্রাদা লাক্তুনা রারম পূন্নমক ঙাংনরগনি, চৎলো —চৎলো নংগী পাবুং খুরুম্মু।

( তরুণী ভুবনগী মথোং পাইতুনা ‘পাবুং” হাইতুনা হিক্রা কপগী, ভুবন তরুণীদা শংত্রিক য়েংতুনা লৈ )

রজনী। সুপীমচা তরুণী অসি নোংমা নিনিদং মাগী বাজি যাত্রাগী

মনাক্তা লৈরুবা তারে অহুনা খুরুম্বা লাকচরিবনি ।

ভুবন । করিগী ?

রজনী । মহাক মপুং ফানা চাওরকলে, ঐখোইগীসিদা লৈবদা মাগী য়াম্না খুদোং থিগদবা ফিভম অমা উহুনা ঐনা চৎহনখনি ।

ভুবন । শক্তিময়ী কালীগী য়াথং, মী মকোক পরেং শিবী, মপুরোইবগী থক্তা জগোই শাবী, হাঃ হাঃ হাঃ তরুণী - চৎলো - নংবু থিংবা ঙম্বা কনা লৈত্রে ।

রজনী । ( তরুণীবু কোনখংহুন ) উরবরা তরুণী, ইমাগী লাইবকসি ওম্বোক্না থিরবনি । ইপুরোইবা, ইচা, ইনাও পুম্নমক্না ঐবু হৌজিক লাম্ন' লৌবে, ঐবুতা দোষ তৌরে তৌসন্নু —ইমা খংগনি, অচুম্বা লম্বীদগী খোংফম নামা ফাওবা লেংলোই চৎলো চৎলো মপাম্দা নবুং ঙাইহুনা লৈরে

ভুবন ( তরুণীবু শংত্রিক য়েংলগ মখিংতা মপী তানা ) হাঃ হাঃ হাঃ নোকউরবদি কপপী- হাঃ হাঃ হাঃ । ( চৎকে তৌবা )

রজনী । কদাইদা লেংগদোরিবনে ?

ভুবন । শক্তিময়ী ! ঐবু কা অসিদা জেলগুম কয়া কুইনা লৈখিদোনে ।

রজনী ঐবু লাম্না লৌবিগন্নু ডাক্তরনা মীয়াম মরক্তা লৈবা রা য়াম্না ঙাংবা ফত্তে মতম খরদং চিক্না পোথাহন্নু হাইবগী কা অসিদা তোপ্না থম্বনি

ভুবন । ডাক্তর ! হাঃ হাঃ হাঃ -ওঃ ! ফৈ--হিদাক লৈত্রে,

হিদাক পীরকউ হায়য়ু—কালা—কালা।

( কালা লিকলি কোম্মুনা চংলকপা )

কালা। অসিদা লৈরে, ঐনা লৈরুরে।

রজনী। কদাইদগী কনানা হাইহ্নুনা লৈরুই কালা।

কালা। কাকা মচানা হাইহ্নুনা লৈরুবা, নিত্তিগী ঐনা লৈরুবনি অরুবনি, মৈ হৌবনি।

রজনী করি। চুম্মেদনা তরুণীনা হাইবা কদাই পুরকউ য়েংগে।

ভুবন। পীরুম্মু কালা! ঐগী হিদাকনি, মাগী নত্তে।

( কালা তিংঙক তিংঙক মাইওরক্নুনা লৈবা )

( রজনী চংশিন্নকত্তুনা কালাদগী লিকলি লৌবা ভুবনমু হোংচিন-কত্তুনা রজনীদগী লিকলি মুনবদা মমাইদা থেংহ্নুনা রজনীগী পিগুমদা ঐ থোকই ভুবমা মাহু পুম্মক থৌওইদনা লিক্লি মথুব হাংদোকত্তুদা হয়াওনা থকই )

---

৩বা উৎপা

## লৈকোন

( চান্দনী তপ্পা চংলকত্তুনা বাথল তৌই, মাইকৈ মখি লাংতক্না য়েংবৈ মমক মমক্তা বয় চাওনা চাওনা হোম্নি, তাবনা হাইরকপা বা তাহ্নুনা মনা অনি মথুংনা থেনজৈ, মখিং অনি ওইশিন্নুনা লেপপা ওমদনা থাংবি, ইবৈ শকলকই )

ইশৈ

খল্লুন্নু খল্লুন্নু মাগী ব্রাখল
তাররোই কপ্পা কৌজবা মাবু
উররোই হুংশি মাগী চেংলৌদো
কারবা থম্মোইগী ব্রারবা খোম্থোংনা
লাওরি ঙমলোই মাবু কৌজবা
চাকসন্নু প্রলয়গী মৈচাক্লুম
হুমসন্নু নোংলৈ লক্ষা লক্ষা
করিগী নিকনি নংগী থম্মোইনা
উত্ত্রগা কাওগনি শোইদনা মহাকপু।.

ভাব। (মন্নুংদা) চান্দনী! করিগী নিকই নংগী থম্মোই, মাগী ব্রাখল থাদোকউ।

চান্দনী। থাদোকওই! থাদোকওই থাদোকওই।

ভাব। হাঃ হাঃ হাঃ মালেম ঙাম্নবা কোন্নৌনা তাত্রবদি লৈরম্বা মঙাল মাংলোইদরা?

চান্দনী। করিগী! পানপ্রবা তেনগী চৈনাদি ফংলোইত্রা?

ভাব। নশাইকোলগী পোম্বী থন্নাই চেংজেল য়োমখিবী মহাকপু নিংশিলরোইত্রা? মতম লৈরি ব্রাখল অঙ্গ থাদোকউ।

চান্দনী। থাদোকওই থাদোকওই। মখোং য়াওদবা আত্তিয়ানা নিংথাইরকপা ওইখোক্কবনি, পুকনিং তানা লেপপ্রবা ব্রাখলবু থাদোকপা তারবদি থন্নাউস্নু থাদোকপা মশানা তাবনি।

ভাব। হাঃ হাঃ হাঃ নশা-দগী য়েংহুনা মুপীগী মানদি ঙাক-লরোইদরা — লায়ে য়াখল অহু লায়ে।

শ্যাম। ( ঙক্না ) চান্দনী।

( মতম অহুনা শ্যাম লাকপা হেক উহুনা মুংশিনা—য়েংবা ওমদনা চেনখি, শ্যাম চিংনা য়েংহুনা লৌর, কালা চৈ পাইহুনা চংঙকপা। )

কালা। এঃ নং ঙসিদি ফুবা তায়ে।

শ্যাম। ( ঙক্না মমাই দৈখোরহুনা ) করিগীনো তা-কালা ?

কালা। মরম হংহুনা কায়দে, ফুবা তারে হাইরিবসিনি।

শ্যাম। ঐন হাইরিবসি নংবু কিহুনা হাইবা নত্তে। নংনা ঐবু ফুনিংঙিবা মরম অহুতদি হায়া শেংদোরখিসি, ফুনবা হাইবসি অপংবা উৎপনি ত. কালা।

কালা। করি ? পেত্তরা নংনশু - খংবা হাইখোদনা।

( চৈ হাইথরকপা )

শ্যাম। ( 'চ অহু ফারগা ) খববদার—ননসেন্স নতিক করি লৈ নংনা ঐবু ফুবদি। ( শ্যামন কালাগী মখোরি পাইহনা )

কালা। ঐমা ! মাঁ শিফম পাহনে মসে। থাদোকউ ঐ শিদো-রেনেহাই।

শ্যাম। হাইয়ু করিগীনো নংন' ঐবু ফুগদবগী লুম্মিবসি।

( মকোক্তা বেন্তল পুন্দুনা রজনী কিংনা চেনশররকহুনা )

রজনী ঙাইখো ঙাইখো কারগীনো ? থাদোকও—অহুম হৌন বরা নখোইবু ? করিগীনো ইবুংঙো।

শ্যাম নমাই ঐদি মরম খোইদোকপা খংজদে ও। কালানা ঐবু ফুন হাহুমা ঙাইরম্মী।

রজনী। করিগীনো নংনা মীবু ফুগদবগী লুম্মম্মিবদি ?

কালা। কাকা মচানা মাবু ফুত্রবদি ঐবু লৈহল্লোই হায়।

রজনী। করিগী ?

কালা। খংদে, মানা ইমুং অসি কাইহল্লোরে হায়।

রজনী। ইয়—অঙাওবসিদি, মানা হাইরগা হেক য়াবরা। নং ঐঙোন্দা তাকপা য়াদরা ? চৎখ্রো চৎলো ! মতুংদা মানা হাইরবস্থু ঐঙোন্দা হেক তাকদবনি। খংঙব্রা ? (কালা চৎখিবা) ইবুংঙো নংদি চৎলুরবরা ইমানা হাইবহুদি।

শ্যাম। অহোয় ঙরাং অহুম য়োজরুরে।

রজনী। মরোলদি করি হাইনরকই।

শ্যাম। তঙাই ফদবা ওইরবদি লিশিং অমদি কাত্রে, চামঙা রোমদি লৈনি হাইরকই।

রজনী। অহুদি নং দলিল অমত্তং নিংথিনা ইরো, ইমা সহি তৌরগে অহুগা মাহুনা অহান-অহানবা নোংম নিনিদং অহুক শিজিন্নখিবা য়ানিদনা !

শ্যাম। অহোই অহুদি মরোলদি হোদোন্নজরুরগে।

রজনী। ফরে ! ফরে ! চৎলো।

(শ্যাম মরু লুকনা চৎখিবা মঙ্গল চঙ্‌লকপা)

মঙ্গল। কনানো চৎখ্রিবসি, শ্যাম নত্রা ? (তাম্নগে তৌবা)

রজনী। (খিংহুনা) করিগীনো, মা ঐনা অকবা থবক অমা চৎহনখ্রিবনি কোম্না হাইরো—করি হাইদোরিবনো ?

মঙ্গল। করি থবকনো—মাবু চৎহনখ্রিবদে ?

রজনী। কুত্তি বাবুদা লুপা খিত্তং হংহনব্রিবনি।

মঙ্গল। মীনাই চুদৎনবা মঙোল্দা ইমুং অসি হতৈমনা শিন্নরিবা করিগীনো ?

রজনী। ঙসি ফাওবদা মানা ঐখোইগীদমক হোৎনবিবা অসিগুম্বা কনানা হোৎনবিরনি। মহাক্কী মপালনা পাল্লিবনি হাইবা ফাওবা য়ারবনি, মীগী তৌবিমল থক কাউগনু।

মঙ্গল। মীনা ঙাংনবা শোইত্রেদনা—মীনাই মচা মা ঙসিদগী ইমুং অসিদা চংহল্লবদি ঐবু ফত্তে হাইনু। মথন্নাই লৌখোকদবনি। মীনাইনা মপু শানিংবা নোল্লরনি, ঙাইখো, ইতৈমনা চান্দনীবু মাঙোল্দা—।

চান্দনী। মাহুদি মরাইবক্কী রানি, অচুম অরান থংদনা মীগী মরা পংলৌ লৌরুনু।

মঙ্গল। লৌবা লৌদবা থংদে। মাঙোল্দদি চান্দনী পীরোঈ, ঐনা চান্দনীবু হেরাদা পিগে হাইহুনা রা লোইনথ্রবনি, মসি থংউকো ?

(চান্দনী বা অহু লোন্না তারি, নিংবা কাইনা লৈরি মমামা করি খুমগে তারি)

রজনী। নংনা পীথ্রবদি নচানি অহুবু নচাগী মরা অমত্তদি তাখিসিদনা!

মঙ্গল। করিগী মরা তাদৌরিবনো ?

রজনী। ইতৈমনা নংগী হাক্তক্তগী মশা মশাগী মরা তাদনা ইচানি ইনাওনি হাইহুনসু করিগুম্বা থবক অমতা লেপথ্ররোই থনথ্রে।

মঙ্গল। মচিল তাগে তাও তারোই তোকউ। ঐনা মাবু শোই-দনা হেরাদা পিনি, ঐগীদি লেপ্পবা য়ানি, অদুগা মীনাই মচাদুমা ওসিদগী চংহল্লবদি ঐবু ফত্তে হাইদু। (চৎকে তোবা অমুক হন্নকতুনা) বাঙ্গালাগী মথা থংবা কাদু শেংদোকহল্লু, ঐ সুপী পুশিল্লকলনি।

রজনী। নশানবু য়ারবদি অদু মঙাই, অদুবু তামোচৌবগী য়াদদি তার্থিসদনা।

মঙ্গল। অঙাওবগী য়াদু অমুক তারুবগী করি কান্নদৌরিবনো ?

রজনী। হাইগৈদে করিনোদা। ঙাওরবসু নংগীদি গুরুনি।

মঙ্গল। মন্না লৌবা য়াগ্রবা মীগী মন্না অমুক তাকম থোক্তে।

(মঙ্গল চৎখিবা উদুনা চান্দনী চঙ্ডকপা)

চান্দনী। (মমাদা কোন্দুনা। ইমা ! (কপপা)

রজনী। কৈদৌরবগে সুপীমচা।

চান্দনী। ইমা ! ঐদি ঙম্মোই কাকানা হাইবা মী অদুদদি, ফনা সুংঙাই য়াইফবা ইমুং ওইদুনসু ইপুকনিং থুংদনা লৈদগী শরুক—, ইমানা হাইরবদি থগ্না য়োন্দুনা চাবা তারবসু ঐ য়াদবা ঙম্মোই।

রজনী। চান্দনী ! ইমাগী ইবেম্মা।

চান্দনী। ইমা !

## ৪শা উৎপা

### লম্বী

(রজনী তপ্না চংলকতুনা কনাগুম্বা অমা ঙাইবা মওংদা, লমীদা চিংব-চিংবা য়েংলি, ঙাইহাক লৈরগা কালা চংলকই)

কালা। লাকহৌরে।

রজনী। অহুদি নং য়ুমদা চৎলম্মো।

কালা। ঐবু চৎলম্বনা ক্ষবরনে। হোয়েল করিগুম্বা থৎন চৈনা তৌরক্লবদি—।

রজনী। করিগী থৎনরুদগে—চৎলোনে।

কালা। অহুবু— !

রজনী। ইহে—মীনা হাইরগা কালা নংবু কৈদৌরবগে চৎলো হাইবা !

(কালা কোইক কোইক য়েংলগা মুংঙাইতনা চৎখিব, মাইকৈ অময়োমদগী কেতুকী চংলকপা)

রজনী। এঃ ইবেম্মা কেতুকী ! লাও ইচে নংবু ঙাইরম্মিবনি।

কেতুকী। করিগী ওইরবনো ?

রজনী। ইচিল ইনাও করিগুম্বা য়াফম অমতং তানলিংহনা তৌবনি, নংগু কনা নত্তে অময়োমদা থমুরবদি অফ-ফত্তা পুরমক নংনহুম উৎ য়াইনা থুমহনা হোৎনগদবা মীনি থল্লিবনি ইচেমদি। মীমাংদা ফজরগা নখোই ঐখোইগী মাই পাকপনি, ফজত্রগনা চোপপা চপ মামনা ফংমিন্নরগ-

দবনি, নংস্থ মীরক তিনবা জাৎকী মচানি, ইচিন ইনাও চংহ্নবা কনবা শিনসিনে।

কেতুকী। কয়স্বা রাকমনো ঐবু ভাব অসি।

রজনী। নংনা হেন্না থংলবনি ইচেম্বু হাইহন্ত্রবস্থ ঐনা নঙোন্দা চংজরকজিবসি ভিক্ষা অমত্তং নিজরিবনি, মসি নং ঐবু নিংবা কাইনা হনহনগনুনে।

কেতুকী। রাকম অসি শেংনা হেক্তা তাকপিয়ুবা।

রজনী। ঐনা নিজরিবসি ঐগী ইনাও নিপা মঙ্গলবুনিনে। নংস্থ থংলিবহ্নমঙাই হৌজিক ইমুং অসি ঈশিংগা থাওগা তিন্নবহ্ মঙাইরে। মহাক্না ময়ুম হেক পানবদা হান্নগী কীভম অসি অস্থম্মক কাইদনা চৎলবস্থ করিমত্তা মনা মনিজ নাইরোইদবনি। মসিমত্তং নংনা থোক্লবা শীন্নবদি মাইকৈ পুন্নমক ইংগনিদো!

কেতুকী। অহুবু ঐঙোন্দা হাইবিন্নরিসিবু ঐদি ইঙক ঙকশ্রে —মসিগী দমক্তা ওইন্নবদি ঐবুস্থ হান্না মীশক মুন্না থং-দোকপীরক্লগা তাকপিবা ঙগনি।

রজনী। ইবেম্মা নং রাখল অমরোমদা পুত্রে, চৎনবীনা পল ওইথিবনা নং ঐ মীমাং থোক্না রা তান্নবা য়াদবদগী মচি মক্রম ওইনা ঙাংনবনি। নংবু ঐনা হুংশিত্রবা অম্দি অত্তোপপনি থন্নবা করিগী ননাক্তা লাকলুগদগে, ঐগী ইনাও নিপানা লুনা থনবা নংবু ঐনা হেন্না হুংশিজরিবনি।

কেতুকী। অহুবু তাকপিগদবা মীদা তাকপিয়ুনে। দায়রি

পুন্নমক ঐঙোন্দা নমশিনবিহুনা মীমাংদা ঐবু য়োনবিবসি মুপী মশেন্নি থক কাওবিমু।

রজনী। মুপী মশেন্নি থনবহুনা ঐস্ন চিংনবা লৈতনা নঙোন্দা তান্নরন্নিবনি, নংগী বাখন্দা মাদি ঙাওহুনা লৈরে। জগৎ-তা কনাগীস্ন মন্না লৌখিত্রে, নংনা হাইন্নগতা মহাক ইনগনি, অহুনা নংনা মাইকৈ পুন্নমক ফনবা শিন্নু হাইবনি —মানা নংবু মুংশিবা, নংনা মাবু লুনা তৌবা ঐ থুগাইগে হাইবা নত্তে, অহল ওইরবা ঐখোইনা মাগী মফমদা তোন্নিবা লম্মল অসিতং পাংথোকহন্নু হাইবনি। মসিমতং নংনা ঐখোইগী ইতেং পাংলবদি ইচে নংনা পান্বা করিনো- নত্তেসে লুপা অসি লৌ, নংনা চানিংবা চাও—। ( লুপা মপুন অমা পীব )

কেতুকী। (লুপাদা হাইকেং য়েংলগা কয়েন্নবা মীনোক নোকতুনা ) এঃ লুপানা মী ফাবিনী থৌরাংবিরিবোইরে। ঐ লুপা পামজদে, ননাও ইবুংঙোদা ফাজিনবিন্নু—মান-বু অহল লম্মনগী য়াথং ইন্দুনা মন্নস্ন ওকপিন্নবদি ঐগীদি কেৎলবনি, ইমুং অহুনা মাংবদগী ঐনা হেন্না মাংলিবনি, ইকাই থংদবা ইমুংদগী থোকলকপনিনা ইকাইবা ওন্থোন্না থংথিত্রে।

রজনী। অহুদি ইচে হন্নগে নংনা ইচেগী মাই অসি অমুক্তা ঙাকউকো চৎথিবা। ( কেতুকী বাখল তৌনা )

কেতুকী। ওন্থোকপনিদা মীওইবা নং অসি ঐনা উপাই লৈতবদগী ইপন্না অসিমতং মীরৈবাক্তা থাহুনা মহৈ তমহন্নবগী

দমক—ঈশাসি মাংহনিব্রিবনি অহুনা কেতুকীবু খোংবাম্বা তাব হৈবীগুম ভুক্চনগ্রবনি মী পুন্নমক্লা; কৈ ওইসনু ইপরা অসিদং মী ওইহৌরবদি লোইরে।

---

৫বা উৎপা

## কেতুকীগী ইমুং

( অরাম চৌকি, টেবিল, চৌকি, কিয়ান, মকম চানা চানা লৈ। কেতুকী কৈথেলদগী কুমলকপা কিজোলদা চংঙকই )

কেতুকী। নিপামচা সন্ধ্যাগী ধুপকক্লা কংলবরা ?

নিপামচা। কংলে।

কেতুকী। পোংচৈশিং অসি অসোমদা পুন্নো, ( মপাল লোমদা থেংলগা ) লেংশিল্লকও কৈদোরবগে ? ( হেয়া চংলকপা ) লেংশিল্লো। ( ইমুং লোমদা ) তারিবরা নিপামচা লাও য়া হাইগে।

নিপামচা। করি হাইবগে ইচেম্মা !

কেতুকী। মনিংগী ননেদগী পানা কা থরগা চুরুট অহাওবা পেকেট অমগা থরা লোক্ল চংলু।

নিপামচা। হোই হোই		( চংখিবা )

কেতুকী। করিনো অক্সা অপুন্নদোনা কৈদোরবগে ?

হেয়া। কৈশু তোদে, ঙসাইগী পানাহুনরা করিনো কোক থম ঙাওফিং ঙাওফিং তৌই।

কেতুকী। অহু ওইরগা অরাম চৌকী অসিদা ভাহাক পোথাবিয়ু কৈদোগে। ঈশিং লৌরুখিগে ঐ।

( কেতুকী চংখিবা হেরা মুখিং লোথোকতুনা কীরাম্বা য়ানশিনগা অরাম চৌকীদা হিপপা। কেতুকীনা ঈশিং গ্লাস অমা পুদুনা চংলকপা )

কেতুকী। ঈশিং লৈরে কোক্তা য়ৈয়ুরা ?

হেরা। খরা ফরে য়ারনি। নিপামচা লাকলবরা ?

কেতুকী। লাকত্রি করিগীনো ?

হেরা। কৈস্যু তৌদে, ঙসিসি ঐ ওম্মোক্সা চিংনখ্রে খোং অসি লোনসিল্লু।

কেতুকী। কনাগু লাকওই, ওম্মোক্সা পাংজখিত্রে, করিনো ?

হেরা। হুরানবগী তরানি, মপুগী নোংমা হাইবা লৈ, শোই-রোইদরা ?

কেতুকী। শোইরগা শোইদোকগু মভাই, ঐবু মাগী ময়ুমদা লৈবী মুপীরা ? মাহুগী য়াদি না-ওইনা লৌদে, কৈস্যু চিংনবিরুহু।

হেরা। কদাই চংকনি হাইবগে !

কেতুকী। কাহাড় রোডকী থবক হোকম য়েংঙুনি অহুগা শ্যামবুমু ঙসিদগী তাম্মোকপ্রনি হাইরম্মি, লাকপু লাক্তবা য়াই।

হেরা। অহুদি ঐ ভাহাক পোৎথাবা য়ারিদনা ?

কেতুকী। করি য়াদনি। পাংজখিত্রে ওম্মোক্সা—ঐথোইনা মুংশিজবা মীশক অমা ওইবদগী তৌবনিকো নত্রবদি—।

হেরা। অওইব্রনে ?

কেতুকী। নত্তবদি।

হেরা। হোয়নহাই-- ।

( হেরানা অয়াম চৌকাদগী কেতুকীনা ইন্নিবা ফিজি পাইদুনা চিংবা কেতুকীনা নোকতুনা )

কেতুকী। কৈনো পল্লিসিবো ! .

( যতম অদুদা মঙ্গল চংঙকপা, কাভম অদু হেক উবদা শাও খিবনা হাইফম খ'দনা কাচিন্দা ভাবা থোংলোনদৈ অমা তাপ লৌই, অদুগা হেয়াদা ফিংনা ফুবা, হেরা ইস হাইনা তুখিবা )

মঙ্গল। ( মুন্না রেংলগা ) মহু পানবা জীবদা লংনক্লরবদি মাগী মু খরদি ফংফম থোকই খংলরবা অপংবা ! নং অমা হাৎপদা বেরা লৈবা মঙ্গল নত্তে খংজৌ। অদুগা ঙসিদি—নখোই অনিমক—হাৎকদবনি লমচৎ নাইদবা।

কেতুকী। ( ঙক্না লৈরবদগী ) হে। লৈকাই লৈকাইশা—মী হাৎলে, হাৎলে। ( কন্না কাওদুনা চেনখিবা )

মঙ্গল। ( হেৱদ )! বিশ্বাস ঘাটক—শিরবস্থ ফরে—কেতুকী, কেতুকী। ( ময়াম কদাইদনো কদাইদনো পাওনরকপা ভাদুনা মঙ্গল থকৎতুনা চেনখিবা )

---

৬বা উৎপা

## লক্ষ্মী

( কালা, শ্যাম, তরুণী লাকই )

তরুণী। পাবুংনা করম তৌরি তা-কালা ?

কালা। পাবুংদি খরা ফরে, ইমানা নহাল নোংমা ডাক্তর বিধু বাবু কৌরুত্বনা য়েংহল্লে অহুদগী কাকানা পুরকপা হিদাককা অমতা থকহল্লে।

তরুণী। হৌজিক কাকাদি লৈহৌবরা ?

কালা। লৈহৌদে।

তরুণী। ইচেম্মা চান্দনীনা নিপা ওইরম্লবদি মুংভাইগদবনিদা অহুদি থোক্তে দো, পাবুংগী খল্লুবদা ঐদি।

শ্যাম। ডাক্তরদি কনা লৈহৌই তা-কালা !

কালা। কনামতা লৈহৌদে, ঐনা ডাক্তর কৌরগে হাইবা য়াদে, ইচা তরুণীগা শ্যামগা কৌরু হাই অহুদগী চেল্লকইবনি।

( মতম অহুনা এস. আই অমম্মুং কমটেবল খরগা ফিংনা চেল্লকই, অহুগা শ্যাম, কালা, তরুণীদা টোর্চ লাইট কাপ কাপতুনা য়েংলগা ফিংমা চেনখিবা )

কালা। করিনো মীগী মমাইদা থাংমৈ কাপলিসিবো।

এস, আই। ভাই শাওহু, ঐখোই মী অমতা য়েংবনি।

( ময়াম ফিংনা চেনখিবা )

কালা। মী য়েংববু হংবা হৌনৈ, মীগী মমাইদবু হেক থাউমৈ কাপসিনবসিবু।

শ্যাম। শাওরুগ্নু তা-কালা, শোইখিবা ওইরমগনি নত্রগা মাখোই-না চিংনবা মীশক অমা ওইরমগদরা য়েংবা ওইরিনি।

কালা। ঐনা কিবা থানাগী মী ওইবগী তৌবনি, নত্রবদি সত্য!

শ্যাম। লাল্লুত্রবদি কনাবুম্নু কিক্ষম লৈতে তাকালা।

কালা। লাল্লবম্নু লাম্রবম্নু ঐদি মখোইসি উবদা পংকিদা কি।

তরুণী। পাংদবা মরিজেল য়াওদবা মীগী হৌনবনে, ফনা হাই-ত্থনস্ত্র খক য়ারোইয়ে—চৎতুম চৎসি।

কালা। ঙসাই কম্না চেল্লকপদা রারে—অতুনা খোং কম্না থাংবা ঙমত্রে। (ময়াম্বক চৎখিবা)

---

## ৭বা উৎপা

# ভুবনগী য়ুম কা

(চান্দনী মাম্না গুকথন চৌকি অমদা ঙাত্থনা ফমলি, য়াম্না বানা চৈত্ত অমা তত্থনা রজনী চংলকই)

রজনী। মুপীমচা! নং তা কালা কদাইদা চৎখি।

চান্দনী। ঐনা তরুণীবু ইমা কম্না নারে হৌজিকমক ঙাহাক্তা লাকউ কৌহনখি।

রজনী। করিগী মুপীমচা?

চান্দনী। ঐ তরুণীগা রা থরা ঙাংনগদবা লৈ। ঐনা চুম্না কৌরবদি লাকউ হাইবা য়ারোই অত্থনা ঐনা লৌশিং

তৌহ্না কৌবনি। ইমা, হন্দক ইমানা তরুণীবু বাজি যাত্রাখোইদা থম্বিখিবসি ঐ ওস্তোকনা য়াজনিংখিদ্রে। চৎহনবা তারবদি অচুম অবান মুন্না থিবিরগা অরানববু চৎহনখিগদবনি।

রজনী। চুম্মি, ইমাস্মু খংদবা নত্তে. অদুবু ইমুং মনুংগী রাখোক ওইবনা ইমানা তুং মাং য়েংলগা লৌনস্মু শিনবা চৈশুস্মু তেক্তুনবা শিনবনিনে মুপীমচা। ইমুং অমগী অহল ওইবনা ইমুং ইংনা পু নবা হোৎনবসি কয়া রাবা. নখোইস্মু হয়েং খংলকনি।

চান্দনী। ঐগীদি ইমা ঙসি ইমাদা তশেংনা হাইজরবনি, ঐ ইমুং অসিগী চৎলিবা মওং অসি খাংবদা য়াম্না রারে, ইপানা দোষা তারিঙৈদা অমুক্তা হেন্না কত্তনবা ডাক্তরগী হিদাক শাজিন্নহনা য়ু তত্তনা পীথকপা, ইমুং অসিগী অরৈবা পুম্বা কাকা মচানা নোংমা নোংমগী মথুং চন্নবা হোৎনরকপা. মাংহনবা, মসি ঐ মুন্না খংলবনি, ঐবু মুপীমচা অমনি থন্দুনা থৌওই উশিংপিদবদগীনি, ঐ হৌজিক্কি তুমিন্না লৈথোক্লরোই, হৌনবী থবক লৌথংনবা হোৎনরগনি।

রজনী। মুপীমচা !

চান্দনী। অসিদস্মু নত্তে ইমা. মচা ঐবু পুন্সি সিমগী মাংনবা লম্বীশ্ম কাকামচানা শিন্নিবনি।

রজনী। তুমিন লৈয়ু মুপীমচা নপাবু অদু য়ৌনা থনবা হৌনদেনে।

চান্দনী। ঐদি ইপানি ঈশ্ব রনি খ না ঙসি ফাওবা ইমিং অনিশুনা

য়েংজবা ঙমত্রি, ইশানা য়ানিংদবা, পামদবা থবক কাও-
বদস্থ কাকামচানা হাইরবদি মাই হাইবা ঙমজরক্তি,
নত্তে ইমা নোনবগী মভিক নেৎপা হেন্নকলে। ঐ থাংবদা
য়ারে—ঐ থাংবদা য়ারে।                    ( কপপা!)

রজনী   মুপীমচা! অথাং কনবা তম্মু। করিগুম্বদা নিংবা
কাইত্থনা ইথোদগী কা হেন্দোক্না চৎপা মুপীগী লমচৎ
নত্তে।          ( তাঞ্জা অসি দা মঙ্গল ফিংনা চংলকপা )

মঙ্গল।   ইতৈমা কদায় শো পীয়ু।

রজনী।   করিগী শো?

মঙ্গল।   লুপা উপুগী--কদাই থিম্বা য়াবা থবক নত্তে।

রজনী।   করিগীনোনে?

মঙ্গল।   ওঃ পাওথুম পীনবা মতম লৈত্রে। ঐ পম্বা য়াত্রবনি,
ঐ মণিপুর থাদোক্তুনা হৌজিকমক চৎপা তারবনি, ঐ
মী হাৎলুরবনি।

রজনী।   ইস্—বিষ্ণু! বিষ্ণু! মঙ্গল।

মঙ্গল।   ইতৈমা! হৌজিক অত্থুয়া লৈথোক্তুনা ঐবু কাহয়গেরা?
পীরয়োইত্রা?

রজনী।   নত্তে-নত্তে মুপীমচা চৎলু—ঐগী উপুদা লুপা ১০০০
লৈবনি, অত্থগা মোমপাক মথাদা লুপা ২০০ য়োমগা
লৈবনি মাত্থস্থ পুরকউ থিয়ে চৎলুনে।

( চান্দনী চৎখিবা মঙ্গল থোং লোমদা কোইক কোইক য়েঙ্গুনা
মুংথা মপী হোন্দুনা লৈবা )

মঙ্গল ! নং ইতৈমবু ঙস্থোক্লা সুংশিখিত্রবোইদকো।

( লেপপা ঙমদগুনা চৌকিদা কয়থবা )

মঙ্গল। ইতৈমা, ঐ লায়েং, ঐ ঙসি তশেংনা খংলে নংদি ইতৈমা নত্তে—ওক্তবা মঙ্গলগীদমক্তা ঈশ্বরনা শেমবিয়কপী তশেংবী অপোকপী ইমানি—। এঃ পুলিশ।

( চেনগে তৌবা—পুলিশ ইন্সপেক্টর চেনশিল্লকপা )

ইন্সপেক্টর। মঙ্গল বাবু! চেনগনু চেন্নবদি থব্রাই মাংগনি।

( সিকাই শিংনা মঙ্গলবু কোইশিনখিবা মতম অসিদা চান্দনীনা লুপা পুন্থনা চংলকপা মতুংদা ভুবন ইন্নরকপা ইন্সপেক্টরনা ৱারেন্ট লানশিনবা মঙ্গল পাবা )

রজনী। ইবুঙো বাবু। ঐগী ইনাও নিপাসিবু কৃপা অমত্তদি তৌবিয়ুবা ঐগীদি থব্রাই শকচরবা ইনাওনি, মহাকপু কাহুনা পুত্রবদি ঐ অমুক হিংলরোই ইবুঙো বাবু—ঐ নখোং পাইহুনা হাইজরি—ঐগী লৈজরিবা লল-থুম-সনা লুপা পুন্নমক কচ্চগে মহাকপু থাদোকপীয়ুবা।

( চান্দনীদগী লুপা লৌহুনা ইন্সপেক্টরগী মখোংদা তুথবা )

ইন্সপেক্টর। ইতৈমা মসি আইন্নি—ঐখোইদি আইনগী মনাইনি, ঐখোইনা খুং থিংজিনবা ঙম্বা লৈতে। ঐবু ৱারেৌবিগনু।

( সিকাইদা ইঙিং তৌবা চেঙকপ চনবা তাঙ্গা অসিদা শ্যাম, তরুণী, কালা চংলকপা )

মঙ্গল। ঙাহাক্তা ঙাইবিখো ইন্সপেক্টর বাবু। ঙাহাক্তা ঙাইবিখো—। শ্যাম, তরুণী, মুংঙাইয়ে নখোই মতম চানা লাকলে, ঐ নখোইগী নকমদা লানগ্রে ঐবু ৱারেৌবিহুকো

শ্যাম—ঐগী হৈপা শক্লবা ইয়াম্বা অমদি ইমা শক্লবী ইতৈমা অনিবু ঐনা ঙসিদগী নংঙোন্দা শিন্নরম্লবনি, —লেংঙসি বাবু।

তরুণী। ( রজনীগী মখোং কোন্দুনা ) ইমা ! ( কপপা )

চান্দনী। কাকা !

রজনী। ( মঙ্গলবু পুখিবা কিতন অহু উবদা কমা লাওরকপা ) মঙ্গল ! ( তুখিবা ) ( মমাম্না রজনীবু থাংজিনবা ভুবন তপ্না চংশিনকতুনা রজনীদা য়েংলগা )

ভুবন। হাঃ হাঃ হাঃ—নখুৎনা থাজবা মপানদা ঙসিদি মহৈ য়াল্লে। হাঃ হাঃ হাঃ।

---